# শ্রীগুরু কন্নানো



অইবা অমসুং কোন্থোকপা—

শ্রীনিংথৌজম তোম্বা সিংহ, বক্তাবম্ব

প্রেসিডেন্ট, মণিপুর ষ্টেট সাহিত্যিকশীবা-হাপ্পবা অপুনবা সভা।

সেক্রেটারী, শ্রীগোবিন্দ সম্প্রদায় ভক্তি অমুব দক সভা।

ইম্ফাল, মণিপুর।

খর পুস্তক অইবনীনি।

মমল—লুপা ১০ থকান।

# ৱাহৈদোক

মীপুম খুদিং তৌহৈবনি, ধর্ম্ম থৌরমদি ঈশ্বর নিংজবনি। ঈশ্বর মশক, ঈশ্বর লৈফম থংজিবা, ঈশ্বর ফংডিবা, ঈশ্বরদগীনা পোকপা হিংবা শিবা, ঈশ্বর য়েৌনা ইমা ইপানা তাকপিদুনা চৎলিবা, ঈশ্বরগী মশক ধর্ম্ম (লীচৎ) বু ইচাদা তাকপিহনা ঈশ্বর য়েৌনা চৎহনগনি। মুপী অঙাং অহন মীপুম খুদিংমক্না ধর্ম্ম থৌরম থৌবু ঙাক্নি। ইশা ইশানা ইথো ধর্ম্ম থৌরমবু থংনা তৌদ্রবা অমম্তুং মী নেক্তুনা তৌহল্লবদি ইথো মশক থংদ্রবা মীথা পোল্লবা অকিবা অরবা তারবা মীরেম তাদুনা মাংলবা পোকপা হিংবা শিবদা ঈশ্বর ফংদ্রবনি। ঐগী ধর্ম্ম থৌরম্ থংনা ইশা ইশানা তৌজবরবদি অৱা-অনা কোক্তুনা পুন্সি মুংশাংনা, মীথা পোন্দনা মীথোই মীহেম্না, মুংঙাই য়াইফনা পোকপা হিংবা শিবদা ঈশ্বর ফংলবনি, তঙাই ফদনা মুপী-মুপা মীপুম খুদিংমকনা খ দবা অমম্তুং চৎতবা যাদ্রবা ঐগী ধর্ম্ম থৌরমবু থংনবা তম্লগা ইশানা তৌজগনি। হায়রিবা ধর্ম্ম থৌরমবু তাক-পিদুনা ঈশ্বর য়েৌনা চৎহল্লিবা গুরু মশক ফোংদোকপা "শ্রীগুরু-কনানো" কৌবা লাইরিকনি। মসিদা থন্ন-নৈননবা, অয়ানবা চুমথোকপিনবা, ঙাকপিনবা, পুন্নমক্তা তোল্লবনা নোল্লুক্না খুরুমজরি।


শ্রীতোম্বা সিংহ, বক্তারত্ন

বাশীখোং, ইম্ফাল।


১২৮৪–৮৫

# হিরম লামাই

| হিরম | | লামাই |
|---|---|---|

*হিবম* | *লামাই*

# শ্রীগুরু কনানো

ওঁ শ্রীগুরবে নমঃ

## ১। মঙ্গলাচরণ—য়াইফ-লীচৎ

অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া।
চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

অর্থ

খংদবনা ফুইনা মন্নববু কোক্ল বাখল পীবিবা।
পাংদমিৎ পাংহনবিবা শ্রীগুরুবু খুরুমজরি॥

## ২। শ্রীগুরু কনানো

পোকপিবা নাম কাম্বিবা ধর্ম্ম তাকপিবা য়োকপিবা। ইমা ইপামা ঐহাকী অথোইব শ্রীগুরুনি॥ মহোল অহুম্মক্তা ইমা ইপাগা মাম্নবা গুরু লৈতে। ধর্ম্ম থোৱম তাকপিদুনা কৃষ্ণ ফংহল্লিববু শ্রীগুরুনি॥

তথাহি অমরঃ

স্যান্নিষেকাদি কৃদ্ গুরুঃ পিত্রাদিঃ।

অর্থ

ঐবু পোকপিবা ধর্ম্ম তাকপিদুনা চংহল্লিবা।
য়োকপিবা ইমা ইপানা ঐগী শ্রীগুরুনি॥

তথাহি তন্ত্রেঃ

গুরুঃ পিতা গুরুঃ মাতা গুরুর্দেব গুরুঃগতি।
হরৌরুষ্টে গুরুস্ত্রাতা গুরৌরুষ্টেন কশ্চন ॥

অর্থ

গুরু ইপানি গুরু ইমানি গুরু বৃষ্ণনি গুরু পাঙ্গম্নি।
হরিদা লংজবা গুরুনা কোকপি গুরুদা লংজবদি কৈন্সু কোকত্রে
ইমা ইপা শ্রীগুরুবু শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়না নিংজগনি ॥

তথাহি ভাগবতে

আচার্য্যং মাংবিজানীয়ান্নাবমন্যতে কর্হিচিৎ।
ন মর্ত্ত্য বুদ্ধ্যাসূয়েত সর্ব্বদেব ময়ো গুরু ॥

অর্থ

শ্রীগুরুবু কৃষ্ণ ঐনি নিংগানি কনিস্সু থৌশাদক্‌য়োই।
মীনি খন্দুনা দোষ তৌফরোই লাই পুন্নমক্তী মশক্তি গুরুদি ॥

## ৩। মমা-মপা শ্রীগুরুগী মথৌ

শ্রীগুরু মমা মপানা মশানা চৎলিবা ধর্ম্ম থৌরম খুদিং।
মচাদা ত০পি ত্রী জুনা থংহল্লগা ঈশ্বর য়ৌনা চৎহনগনি ॥

তথা হি শব্দকল্পদ্রুমে

গর্ভধানাদিনা মন্ত্র-বিদ্যা দানাদেশ্চগ্রহণং।
তৎকার্য্যা পিত্রাদিগুরু স্যাৎ ইত্যমরভরতৌ ॥

অর্থ

গর্ভধান ( নাওপীবা ) দগী হৌদ্দনা ধর্ম্ম েৌরমবু তাকপিদুনা চৎহনবা থৌবুদি ইমা ইপা শ্রীগুরুনি চাযরি। — অমরভবত

## ৪। ধর্ম্ম অধিকার—লীচৎথৌব

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র, মুপা-মুপী অঙাং-অহল।
মীপুম খুদিংমক চপমান্নবা ধর্ম্ম অধিকার ( লীচৎথৌবু ) নি॥

তথাহি আগস্তসংহিতায়াং

স্ত্রিয়ঃ পতিব্রতাশ্চান্তে প্রতিলোমানুলোমজাঃ।
লোকাশ্চাণ্ডালাঃ পর্য্যন্তাঃ সর্ব্বেঽপ্যত্রাধিকারিণঃ॥

অর্থ

মপুরোই চাহেন্নবী মুপী, ফত্রবা লান্নবী মচা চণ্ডান্নচিংবা।
মুপা-মুপী অঙাং-অহন মীপুম খুদিংমক ধর্ম্ম অধিকার (হক) নি॥

## ৫। ধর্ম্মাশ্রয়—ধর্ম্ম পনৃথুংক্ষম

ঐগী ধর্ম্ম থৌরম ইশানা তৌজরগা ঈশ্বরবু ফংগি মুংঙাই।
ঐগী ধর্ম্ম থৌরম ইশানা তৌজদ্রগা ঈশ্বরবু ফংদে ধ্বাই॥

তথাহি ক্রিয়াকাণ্ডে

ন হ্যাচার বিহীনস্য সুখমত্র চ পরত্র চ।
আচারাদ্বর্দ্ধতে হ্যায়ুরাচারো হন্ত্যলক্ষণম॥

অর্থ

ধর্ম্ম থৌরম চৎত্রবদি হিংবা শিবদা ঈশ্বর ফংদে অবাবনি।
ধর্ম্ম থৌরম চৎচরবদি হিংবা শিবদা ঈশ্বর ফংগি সুংঙাই ॥

৬। ধার্ম্মিক—লীচৎ নাইবা

মীপুম্ খুদিংমক্না শ্রীগুরুদা ধর্ম্ম থৌরম তম্নগা।
ধর্ম্ম থৌরম চৎচবা ধার্ম্মিক ( লীচৎনাইবা ) ওইগনি ॥

তথাহি ভক্তিরসামৃতে

তত্র ভাগবতান্ ধর্ম্মান্ শিক্ষেদ্ গুর্ব্বাত্মদৈবতঃ।

অর্থ

শ্রীগুরুদা ভগবত ধর্ম্মবু তম্জগনি।

৭। হরিনামমনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা

ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমক্তা অথোইবা ধর্ম্ম হরিনামতা।
শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ( গৌরাঙ্গ ) বু সুংশিনা নিংজগনি ॥

তথাহি ভাগবতে

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥

অর্থ

মাগীশিং লোইনবা হরিনাম শোনবা গৌরাঙ্গবু।
মাগী খুৎলাই হরিনামনা নিংনরি অচুম্বশিংনা ॥
হরিনামতা শোন্দুনা কৎপ-য়াববু কৃষ্ণদা কৎকনি।

৮। ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা হরিনাম শোল্লগা কৃষ্ণনিংবা

ইপা ইমা শ্রীগুরুনা পোকপদা, অমসুং দীক্ষা প্রণালিকাদা গীবিরিবা হরিনামতা শোল্লগা ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা কৃষ্ণ ফংবা অমসুং শিবা ফাওবা শ্রীকৃষ্ণ নিংগনি।

তথাহি ভাগবতে

মদ্ গুণ শ্রুতিমাত্রেন ময়ি সর্ব্ব গুহাশয়ে।
মনোগতিরবিছিন্না যথা গঙ্গাম্ভসোহম্বুধৌ॥

অর্থ

গঙ্গানা সমুদ্রদা চেনসিনবগুম্না ঐগী গুণ তাবতনা।
পুন্নমক্কী থবোইদা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু তৎতনা নিংগনি॥

৯। হরিনামনা কৃষ্ণনিংবা

হরিনামতা শোল্লগা মুংশিনা শ্রীকৃষ্ণ নিংজগনি।

তথাহি বেদে

সম্বন্ধ অভিধেয় প্রয়োজন।

অর্থ

সম্বন্ধ-কৃষ্ণ, প্রয়োজন—মুংশিনা, অভিধেয়—হরিনাম শোনবনি, হরিনাম শোল্লগা মুংশিনা কৃষ্ণ নিংগনি; হায়বসিনা অরেপ্পনি বেদনা লাওরিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মনি। হরিনাম শোনবদি মীপুম খুদিং তৌহেবা ধর্ম্মনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মদি অরেপ্পা বেদ-পুরাণ (কৃষ্ণ) গী মশকমনি।

## ১০। বেদ পুরাণ

বেদ-পুরাণ শাস্ত্রদি ঈশ্বরগা কোম্বনা অরেপ্পা ধর্ম্ম তাকপনি

তথাহি শব্দকল্পদ্রুম

ধর্ম্ম-ব্রহ্ম প্রতিপাদকমপৌরুষেয় বাক্যম্ বেদং।

অর্থ

ঈশ্বরমক্তা ঈশ্বর ধর্ম্ম ফোংদোকপা বাহৈদো বেদ-পুরাণনি।
ঈশ্বর অমসুং ধর্ম্মগী মশক্তি পোকপদা কাম্লিবা হরিনামনি।

## ১১। পোকপদা হরিনাম কাম্বগী মরম

ইমা ইপা শ্রীগুরুনা পোকপদা কাম্লিবা হরিনাখসি ধর্ম্মনি। গুরু অজ্ঞা বলবান—গুরুয়াথংনা পাঙ্গল্লি। গুরু অজ্ঞা না লখিবে—গুরুয়াথং হিক্তোকফদে। গুরুকৃপা সিদ্ধরূপ—গুরুকৃপানা কৃষ্ণ ফংঙি। পোকপদগীনা কৃষ্ণফংবা শিবা ফাওবা মথং মথং তৌরিবা ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্ত হরিনামতমক শোনগনি হায়না ইমা ইপানা হরিনাম পীবাস ধর্ম্ম তাকপিদুনা পোকপদগী কৃষ্ণনিংবা তম্বিদুনা ধর্ম্ম চৎহনবা হৌরবনি।

তথাহি ভাগবতে

কৌমারাচরেৎ প্রাজ্ঞোঃ ধর্ম্মান ভগবতানিহ।
দুর্ল্লভম মানুষং জন্ম তদপ্যধ্রুবমর্থদম্॥

অর্থ

কাম্বরা পীবা মীগী মপোকসে অরেপ্পদি নত্তে।
মসিদা অথংবশিংনা অঙাংবু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎহনগনি।

তথাহি চরিতামৃতে

সংকীর্ত্তন যজ্ঞে করে কৃষ্ণ আরাধন।
সেইত সুমেধা পায় কৃষ্ণের চরণ ॥

অর্থ

হরিনামতমক শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌজরবা,
মীদো রাথল চুম্লবনি মানা শ্রীকৃষ্ণ ফংগু ॥

১২। বৈষ্ণব ধর্ম্ম—কৃষ্ণনিংবা লৗচৎ

বৈষ্ণব ধর্ম্মদি হরিনাম মহামন্ত্র শোন্দুনা কৃষ্ণনিংবনি। গর্ভধান (নাওপীবা) দগীনা পোকপা, লম্বোইবা, শিবা কৃষ্ণফংবা ফাওবা থৌরম পুন্নমক্তা হরিনামতমক শোন্দুনা কৃষ্ণনিংববু বৈষ্ণব ধর্ম্ম (কৃষ্ণ নিংবা লৗচৎ) কৌই।

১৩। বৈষ্ণব—কৃষ্ণনিংবা

গর্ভধান (নাওপীবা) পোকপদগীনা লম্বোইবা, শিবা কৃষ্ণ ফংবা ফাওবা থৌরম পুন্নমক্তা হরিনামতমক শোন্দুনা কৃষ্ণনিংববু বৈষ্ণবনি।

তথাহি হরিভক্তি বিলাস

বিষ্ণুরেবহি যস্যৈব দেবতা বৈষ্ণবঃ স্মৃতঃ।

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজবদো বৈষ্ণব কৌই।

তথাহি চরিতামৃতে

প্রভু কহে যার মুখে এক কৃষ্ণনাম।
সেইত বৈষ্ণব তার করিহ সম্মান ॥

অর্থ

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা হায়—মীহুনা হরিনাম শোল্লবা।
মহাক্কো বৈষ্ণবনি মাবু য়াম্না লুনা নিংঙু কো ॥

তথাহি শব্দকল্পদ্রুম

ফল সন্ধান রহিতা বিষ্ণুভক্তাশ্চ বৈষ্ণবাঃ।

অর্থ

মহৈ নিদনা কৃষ্ণনিংববু বৈষ্ণবনি।

১৪। গৌরধর্ম্ম—গৌরাঙ্গগী লৌচৎ

গৌরধর্ম্মদি ( বৈষ্ণব ধর্ম্ম ) হরিনাম শোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ নিংবনি। গর্ভধান ( নাওপীবা ) দগীনা পোকপা, শিবা রাধাকৃষ্ণ ফংবা ফাওবা থৌরম পুন্নমক্তা হরিনামতমক শোল্লগা রাধাকৃষ্ণ নিংলকপনা শিবদা লম্বোইববু গৌরধর্ম্ম ( গৌরাঙ্গগী লৌচৎ ) কৌই।

১৫। গৌড়িয়া—গৌরধর্ম্ম চৎপা

গর্ভধান ( নাওপীবা ) দগীনা পোকপা, শিবা রাধাকৃষ্ণ ফংবা ফাওবা থৌরম পুন্নমক্ত হরিনামতমক শোল্লগা শ্রীরাধাকৃষ্ণ নিংবা ( লম্বোইব ) বু গৌড়িয়া কৌই।

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে

শ্রীচৈতন্য মুখোদ্গীর্ণ হরেকৃষ্ণেতি বর্ণকাঃ।
মজ্জয়ন্তো জগৎপ্রেম্নি বিজয়ন্তে তদাহ্বয়া॥

অর্থ

শ্রীচৈতন্য প্রভূনা শোল্লরুবা হরিনামতনা গুমজরি॥
মাগী থৌজাম্না তাইবংপুম্বা কৃষ্ণ প্রেমদা লুপ্নরি॥
মুপী-মুপা মীপুম্ খুদিংমক্না তৌহৈবা থৌরম্বু ধর্ম্ম কৌই।

## ১৬। ধর্ম্ম—লীচৎ

মীপুম খুদিংমক্না লোইনা তৌহৈববু ধর্ম্ম (লীচং) কৌই।

তথাহি তর্কসংগ্রহঃ

বিহিত কর্ম্মজন্যো ধর্ম্মঃ

অর্থ

তৌগদবা ব্রায়েন থৌরমবু ধর্ম্ম (লীচং) কৌই।

## ১৭। ধর্ম্ম—থৌরম ৩৫

কৃষ্ণভক্তি, কৃষ্ণভক্ত, স্বধর্ম্মাচরণেভক্তি, পরম্‌ধর্ম্মসংকীর্ত্তন, স্বধর্ম্মত্যাগভক্তি, কলিযুগধর্ম্মসংকীর্ত্তন, কৃষ্ণেকর্ম্মার্পনভক্তি গর্ভধান, সীমন্তোন্নয়ন, জাতকর্ম্ম, নামকরণ, নিক্রমন, অন্নপ্রাশন, চূড়াকরণ, বিদ্যারম্ভ, উপনয়ন, দীক্ষা-প্রণালিকা, নিত্যাচার, বিবাহ, বৈরাগ্য মন্ত্র, বৈরাগ্য, সংস্কার, প্রায়শ্চিত্ত,

অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া, ঈশ্বরস্বরূপ, ঈশ্বরধাম, ঈশ্বরপ্রাপ্তি স্বরূপ, ঈশ্বরপ্রাপ্তি, মধুরভক্তি রসআস্বাদন, সদাসংকীর্ত্তন, মানসিক-কীর্ত্তন, শ্রেষ্টভক্তিসাধন, কৃষ্ণেআয়ুসমর্পণ, কৃষ্ণেআত্মাসমর্পণ ইত্যাদি কৃষ্ণভক্তি।

### অর্থ

কৃষ্ণপাম্বা, কৃষ্ণনিংবা, ইথৌ ধর্ম্ম থৌরম্মা কৃষ্ণনিংবা, অথোইবা ধর্ম্ম হরিনাম শোনবা, ধর্ম্ম থাদোকপা ভক্তি, কলিযুগ ধর্ম্ম হরিনাম শোনবা, ইশানা কৃষ্ণদা থৌরম কৎপা, নাওশীবা, কোকথোক-চামথোকপা, চাবোক-থৌরম, মিংথোনবা, অঙাং শেংদোকপা, চউম্বা, লুকোক-নাহুৎপা, মহৈতম্বা হৌবা, লুগুণ থাংবা, লাইনিং-লাইমিং লৌবা, মুমিৎ খুদিং থৌরম, লুহোংবা, লম্বোই মন্ত্র, লম্বোইবা, শেংদোকপা, পাপকোক্লবা, শিবথৌরম, ঈশ্বর মশক, ঈশ্বর লৈফম, ঈশ্বরফংবা মশক, ঈশ্বর ফংবা, মধুরভক্তিরস চুপ্পা, তৎতনা হরিনাম শোনবা, পুক্লিংনা হরিনাম শোনবা, অথোইবা-ভক্তি সাধন, কৃষ্ণদা পুন্সি কৎপা, কৃষ্ণদা ইশা কৎপনচিংবা ধর্ম্ম থৌরমদি কৃষ্ণভক্তিনি।

### ১৮। কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণপাম্বা

হরিনাম শোন্দুনা কৃষ্ণনিংববু কৃষ্ণভক্তি ( কৃষ্ণপাম্বা ) কৌই।

তথাহি শ্রীশাণ্ডিল্যসূত্রম্

সা পরানুরক্তিরীশ্বরে ভক্তিঃ

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণনিংববু কৃষ্ণভক্তি ( কৃষ্ণপ্যাম্বা ) কৌই।

১৯। কৃষ্ণভক্ত—কৃষ্ণনিংবা

হরিনাম শোন্দুনা কৃষ্ণপাম্ববু কৃষ্ণভক্ত ( কৃষ্ণনিংবা ) কৌই।

তথাহি ভক্তিরাসমৃতে

তদ্ভাব ভাবিত স্বান্তোঃ কৃষ্ণভক্তাঃ ইতিরিতাঃ।

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণপাম্ববুকৃষ্ণ ভক্ত ( কৃষ্ণনিংবা ) কৌই

২০। স্বধর্ম্মাচরণে ভক্তি—ইথোধর্ম্ম থোরম্মা কৃষ্ণনিংবা।

হরিনাম শোন্দুনা ধর্ম্মথোরম্মা নিংলগা কৃষ্ণ ফংঙি।

হরিনাম শোন্দুনা ধর্ম্মথোরম্মা নিংদ্রেপা কৃষ্ণ ফংদে॥

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে

বর্নাশ্রমাচারবতা পুরুষেণ পরপুমান।

বিষ্ণুরারাধ্যতে পন্থা নান্যতোষকারণম্॥

অর্থ

হরিনাম শোন্দুনা ধর্ম্মথোরম্মা কৃষ্ণনিংবা মীহুনা লেপ্পা

শ্রীকৃষ্ণ ফংঙি অতোপ্পা লম্বীনা শ্রীকৃষ্ণ ফংদে॥

২১। পরমধর্ম্ম সংকীর্ত্তন—অথোইবা ধর্ম্ম হরিনাম শোনবা

কলিযুগ-কী অথোইবা ধর্ম্মদি হরিনাম শোনবনি।

ধ্যান-যজ্ঞ-পুজাদগী হরিনাম শোনবনা অথোইবনি॥

তথাহি ভাগবতে

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়া যজতে মখৈঃ।
দ্বাপুরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ॥

অর্থ

সত্যদা ধ্যান্না কৃষ্ণফংঙি ত্রেতাদা যজ্ঞনা ফংঙি।
দ্বাপুরদা পূজানা কলিদা হরিনাম শোনবনা ফংঙি॥

২২। স্বধর্ম্ম ত্যাগভক্তি—ধর্ম্ম থাদোকপা ভক্তি

ধ্যান-যজ্ঞ-পুজানচিংবা থাদোক্লগা হরিনাম শোন্দুনা।
পেনবিন্বা শ্রীকৃষ্ণদা ধর্ম্ম থোরম পুন্নমক কৎকনি॥

তথাহি গীতা

সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্যো মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচঃ॥

অর্থ

ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐগোন্দা চংজোও।
ঐনা নংবু পাপ পুন্নমক্লগী কোকপিগনি ব্রাকুগনু॥

তথাহি ভাগবতে

অজ্ঞায়ৈবং গুণান দোষান্ময়া দিষ্টানপি স্বকান।
ধর্ম্মান সংত্যজ্যো যঃ সর্ব্বান মাং ভজেৎ স চ সত্তম॥

অর্থ

দোষ-গুণ খংলগা ঐনা পীরিবা ধর্ম্ম পুন্নমক।
থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐবু নিংলিবা মীদো অথোইবনি॥

২৩। কলিযুগ ধর্ম্ম সংকীর্ত্তন—কলিযুগ ধর্ম্ম হরিনাম শোনবা
হৌজিক কলিযুগ ধর্ম্ম হরিনাম শোনবনি।
কলিদা ধ্যান-যজ্ঞ-পূজানচিংবা লৈতরে।
হরিনাম শোনবনা পুন্নমক্তগী অথোইবা ভক্তিনি।

তথাহি মন্ত্রে

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামেব কেবলম্।
কলৌনাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

অর্থ

সত্য যুগতা ধ্যাননা ধর্ম্মনি কলিদা ধ্যান লৈতরে।
ত্রেতা যুগতা যজ্ঞনা ধর্ম্মনি কলিদা যজ্ঞ লৈতরে॥
দ্বাপর যুগতা পূজানা ধর্ম্মনি কলিদা পূজা লৈতরে।
কলি যুগতা অতৈ ধর্ম্ম লৈতরে হরিনামতনা ধর্ম্মনি॥

২৪। কৃষ্ণ কর্ম্মার্পণভক্তি—ইশানা কৃষ্ণদা থৌরম কৎপা
ইশাগী ধর্ম্ম থৌরম মী নেত্তুনা তৌগদবা নত্তে, নুপী-নুপা মী পুন্নমনা ধর্ম্ম থৌরম থৌবুনি। নুপা-নুপী মীপুম খুদিংমক্না ইশানা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা কৎকনি।

তথাহি গীতা

যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোসি দদাসি যৎ
যত্তপস্যসি কৌন্তেয়। তৎকুরুষ্ব মদর্পণম্॥

অর্থ

অর্জ্জুন ! ধ্যান, যজ্ঞ, পূজা, দান, চাবা, নিংবা নংনা তৌবা ।
ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তো নশানা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎলো ॥

তথাহি পদ্মোত্তরখণ্ড

কৃষ্ণনামঃ জগৎজন্ম যৎকিঞ্চিৎ ক্রিয়তে ।
তৎকর্ম্ম এবস্যাৎ সাক্ষাৎ গৃণাতি কেশবঃ ॥

অর্থ

কৃষ্ণনামদগী জগৎ পোকই নামনা তৌরিবা ।
ধর্ম্ম থৌরমদো খুৎফংননা লৌই শ্রীকৃষ্ণনা ॥

## ২৫। গর্ভধান—নাওপীবা থৌরম

ইশানা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ।
থৌরমদু কৎলগা নুপীগী অশেংবা মুমিৎতা নাওপীগনি ॥

## ২৬। সীমন্তোন্নয়ন—কোকথোক-চামথোকপা

ইশানা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা ঈশিং, তুলসী মনানা গর্ভাবতী ( নাওপুবী ) থা মরি শুবীদা থিকপিদুনা ( শেংদোক্কনি ) কোকথোক-চামথোক্কনি অমসুং নাওপুরিবী মমানা মচাদু ফনবগীদমক্তা হরিনাম শোঞ্জগনি মসিনা কোকথোক-চামথোকপনি ।

## ২৭। জাতকর্ম্ম—চাবোক থৌরম

মমা-মপা শ্রীগুরুনা পেনবিনবা ভক্তি তৌজহুনা শ্রীকৃষ্ণদা য়াইফ থৌনিবিরগা হেক পোকপা মচাদো ইরুজবিরগা হরিনাম মহামন্ত্র মনাকোংদা কাম্বিগনি।

## ২৮। হরিনাম মহামন্ত্র—ষোলনাম

হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥

## ২৯। ষষ্ঠী—তরুক্নি ইপান থাবা

চাবোকপা তরুক্নি শুবদা মমা-মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং, তুলসীনচিংবা মরী লৈনবা অচা-অথকনচিংবা পোৎলম কৎলগা মচাগী য়াইফ থৌনিবিগনি থৌরমহুদা তৌল্লিবা মীতিন অহুনম্ব হরিনাম শোন্দুনা অঙাং অহুগী পুন্সি মুংশাংনবা, য়াইফনবা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি প্রার্থনা তৌগনি অমসুং দান থাদবিগনি অহুদগী কৎলিবা প্রসাদি অহুনা নুপী-অঙাং, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুম্নমক্তো ভোজন সেবগা লোয়ননা দক্ষিনা তৌজগনি মসিনা কৃষ্ণপ্রীতিনি।

## ৩০। য়ুম শেংবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা ঈশিং, তুলসী মনানা চাবোকপি অমসুং অঙাংবুসু খিকপিহুনা য়ুম শেংগনি॥

## ৩১। নামকরণ—মিংথোনবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌরগা পোকপদগী থা ৪ শুবদা মচা মমিং থোনবিগনি।

## ৩২। নিষ্ক্রমন—অঙাং শেংদোকপা

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা ঈশিং, তুলসী মনানা থিকপিদুনা পোকপদগী থা ৪ শুবদা মচাবু (অঙাংবু) শেংদোকপীগনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌরগা অঙাং অদুগী য়াইফ থৌনিবিগনি।

## ৩৩। অন্নপ্রাশন—চউম্বা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা চিঙ্গাকনচিংবা ঙমজবা পোৎলম কৎলগা প্রসাদিনা থা ৬ শুবদা মচা (অঙাং) বু চউম্বিগনি।

## ৩৪। চুড়াকরণ—লুকোক-নাহুৎপা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং, তুলসীনচিংবা ঙমজবা অচা-অথক পোৎলম পুন্নমক কৎলগা, চহি ৩ শুবদা মচাবু হরিনাম শোন্দুনা লুকোক-নাহুৎপীগনি অমসুং তিল্লিবা মীতিন অদুনা হরিনাম শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি প্রার্থনা তৌদুনা অঙাং অদুগী য়াইফ থৌনিবিগনি অদুদগী তিল্লিবা মুপী-অঙাং, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব

পুন্নমক্তো কৎলিবা প্রসাদি অদুনা ভোজন সেবাগা লোইননা দক্ষিণা তৌজগনি মসিনা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ প্রীতিনি।

### ৩৫। বিদ্যারম্ভ—মহৈতম্বা হৌবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং, তুলসীনচিংবা কৎলগা পোকপদগী চহি (৫) মঙাশুবদা মচা (অঙাং) বু ধর্ম্ম থৌরমনচিংবা খংনবা মহৈ মশিং লমচৎ-শাচৎ মথৌ মশক খংনবা তম্বিবা হৌগনি।

### ৩৬। উপনয়ণ—লুগুণ থাংবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং তুলসীনচিংবা লুগুণ অচা-অথক পোৎলম পুন্নমক কৎলগা মচাবু চহি (৮) নিপান শুবদগীদা ১৬ শুবা ফাওবদা লুগুণ থাংবিগনি থৌরমদুদা তিল্লিবা মীতিন অদুনা হরিনাম শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি প্রার্থনা তৌদুনা অঙাং অদুগী যাইফ থৌনিবিগনি। অদুদগী থৌরমদুদা তিল্লিবা মুপী-অঙাং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, পুন্নমক্তো কৎলিবা প্রসাদি অদুনা ভোজন (পীজ-পীথক) সেবাগা লোয়ননা ঙাক্সবা দক্ষীণা (পেনবিমন) তৌজগনি। মসিনা পুন্নমক্কী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি (ঈশ্বরনা পেনবা) নি হায়রি।

### ৩৭। দীক্ষা-প্রণালিকা—লাইনিং লাইমিং লৌবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা ঈশিং, তুলসীনচিংবা খুরুমদুনা কৎলগা মচাবু চন্দন থিনবিরগা

দীক্ষা প্রণালিকা ( হরিনাম ) পীতুনা লাইমিং লৌবিরগা ঈশিং তুলসিনচিংবা মখুৎনা পাইহল্লগা মচাবু হরিনাম শোলহন্দুনা পেনবিনবা পাম্না নুংশিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা কৎহল্লগা ভক্তি প্রার্থনা তৌহুনা খুরুমহনগনি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী শ্রীরাধাকৃষ্ণ নিংহনগনি, লাইমিং লৌবা নুমিৎতগী তৎতনা নুমিৎ খুদিংগী রাধাকৃষ্ণনা পেনবিনবা লিক চৎতুনা হরিনাম শোনজগনি, মসিনা পুন্নমক্তগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি ( ঈশ্বরনা পেনবা ) নি হায়রি।

৩৮। নিত্যাচার—নুমিৎ খুদিং তৌগদবা থৌরম।

নুমিৎ খুদিং নোংঙানবা য়াহৌবদা ইমা ইপা শ্রীগুরু ঈশ্বর ( শ্রীরাধাকৃষ্ণ ) বু নিংশিংদুনা হরিনাম শোন্দুনা হৌগৎলগা হকচাং সেংদোক্তুনা ইরুজরগা ফিশেং শেৎতুনা চন্দন থিল্লগা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীরাধাকৃষ্ণ ( শ্রীবিগ্রহ-মূর্ত্তি ) দা ঈশিং তুলসিনচিংবা ঐনা চাবা, থকপা, শোনবা, ঙাংবা, চৎপা, তুম্বা হিপ্পা, নোং অমা ঙানবদগী না নোং অমা ঙানবা ফাওবদা ঐনা তৌবা উৎসবনচিংবা ধর্ম্মকর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা কৎলগা, ভক্তি প্রার্থনা তৌতুনা খুরুম্নগা প্রসাদি অমসুং নির্মল্য ফংজগনি, অতৎ-অকাং নৈতনা নুমিৎ খুদিংগী লিক চৎতুনা হরিনাম শোনগনি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী নিংজবা মনাইনা লেপ্পা শ্রীরাধাকৃষ্ণ ফংই।

তথাহি গৌতমীয়তন্ত্রে

তুলসীদলমাত্রেন জলস্য জুলুকেনবা।
বিক্রিনীতে স্বমাত্মনং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলং ॥

অর্থ

ঈশিং তুলসিতা কৎচবা মনাই ভক্তদা।
মনাই চানহৈবা ঈশ্বরনা মশা পীথোকই ॥

তথাহি আদিপুরাণে

স্মরন্তি মম নামানি যেত্যক্ত্বা কর্ম্মচাখিলং।
তেষাং কর্ম্মানি কুর্ব্বন্তি ঋষয়ো ভগবৎ নরাঃ ॥

অর্থ

ভক্তশিংনা কৃষ্ণ ঐগী নামশিং নিংশিংবদা থাদোক্লিবা।
ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তো লোইনমক হুপ্পা তৌরবনি ॥

**৩৯। ঐকান্তিক ভক্ত—লোংদনা কৃষ্ণ নিংবা**

কব্রিমতা লোংদনা হরিনামতনা কৃষ্ণ নিংববু ঐকান্তিক ভক্ত কৌই।

তথাহি রসামৃতে

তদ্ভাব ভাবিত স্বান্তোঃ কৃষ্ণভক্তাঃ ইতিরিতাঃ।

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণ পাম্ববু কৃষ্ণভক্ত ( কৃষ্ণনিংবা ) কৌই। নাম-মন্ত্র গায়ত্রীগী মপুং হরিনাম মহামন্ত্রনি। ঐকান্তিক ভক্তনা হরিনামতনা লোংদনা শ্রীকৃষ্ণ নিংগনি। হরিনামগা অতৈ

করিমতগা চাংদমফদে অপরাধনি। হরিনাম মহামন্ত্রদি ভক্তিরসগী মশক্তি ॥ হরিনাম মহামন্ত্র নত্তনা তৌরিবা অতৈদো অরেম্বা ওাক্তনি ॥

তথাহি ভাগবতে

তপস্বিনো দানপরা যশস্বিনো মনস্বিনো।
মন্ত্রবিদ সুমঙ্গলা ক্ষেমং ন বিন্দতি বিনা যদর্পনং ॥

অর্থ

লাইনিংবা দানতৌবা মিংচৎপা পুকফবা য়াইফবা।
মন্ত্র খংবনচিংবদো কৈস্ত কৃষ্ণ ফংদে ভক্তি নত্তনা ॥

তথাহি ভাগবতে

শ্রেয়স্থতিং ভক্তিমুদপাস্থ তে বিভো ? ক্লিশ্যন্তি
যে কেবল বোধলব্ধয়ে যথা স্থূল তুষাবঘাতি নাম্

অর্থ

হে শিন্থংবা। ভক্তি ( হরিনাম ) নত্তনা তৌরিবা পুম্নমক্তো।
অরাবতা লেমহৌই ফৌরাম শুবনা অরাবত ফংবগুম্না ॥
কলিদা হরিনাম শোনবা নত্তনা সাধন ভক্তি লৈতে।
হরিনাম শোনবনা কলিগী অথোইবা সাধন ভক্তিনি ॥

তথাহি যামনচার্য্যে

কলৌ ধর্ম্মশ্চ তপশ্চ সত্যঞ্চ নাস্তি কিঞ্চন।
হরিনাম বিনা ভক্তি নাস্তি কচিৎ কলিযুগে ॥

অর্থ

কলিদা অতৈ ধর্ম্ম, অতৈ তপ, অতৈ মত্য কৈস্নু লৈতে।
কলিদদি হরিনামনা ভক্তিনি অতৈ কৈস্নুমতা লৈত্রে ॥

## ৪০। শ্রীমূর্ত্তিঅভিষেক – শ্রীমূর্ত্তিচাইথবা

হরিনাম মহামন্ত্রনা শ্রীমূর্ত্তি অভিষেক তৌগনি।

তথাহি ভাগবতে

যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ

অর্থ

রাখল চুম্বশিংনা মহাযজ্ঞ হরিনামতনা নিংনরি।
ঈশ্বর মূর্ত্তি জীবন্যাস লৈতে নামনা অভিষেক তৌগনি।
হরিনামতনা নুমিৎ খুদিংগীসু শ্রীমূর্ত্তি চাইথগনি।
হরিনাম শোনবদি রাগানুগা ভক্তি সাধন্নি।

## ৪১। অষ্টবিধাপ্রতিমা- শ্রীকৃষ্ণগী মিতম নিপাল

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র, নুপী, অঙাং, লম্বোইবা-লম্বোইদবা মীপুম খুদিংমক্না হৌরগা লুক কংকদবা কৃষ্ণ ঐগী মূর্ত্তি নিপান্নি।

তথাহি ভাগবতে

শৈলী, দারুময়ী, লৌহী, লেপ্যা, লেখ্যাচ, সৈকতা,
মনময়ী, মণিময়ী, প্রতিমাষ্টবিধা মতা।

অর্থ

মুংগী মূর্ত্তি, উগী মূর্ত্তি, ধাতুগী মূর্ত্তি, চিত্রপট মূর্ত্তি, ময়েকী মূর্ত্তি, লৈবাকী মূর্ত্তি, মণিগী মূর্ত্তি, পুক্নিংগী মূর্ত্তি, মূর্ত্তি নিপান অসি শ্রীকৃষ্ণমক্নি মীপুম খুদিংমক্না তৌজবা সেবা লৌবিরি। বিগ্রহ নিপানমক্ত খেন্নদনা চপ মান্ননা নিংগনি ॥ ঈশ্বরদি বিগ্রহ ( মিতম ) নে, নামনে, হকচাংনে, থবাইমিনে করিমতা তোঙান্নদে মশা অমত্তনি।

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে

দেহ দেহিবিভাগোঽয়ং নেশ্বরে বিদ্যতে ক্বচিৎ।

অর্থ

ঈশ্বরদি হকচাংগা থবাই-মিগা করিস্ত তোঙান্নদে।

তথাহি বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরবচনং

নামচিন্তামণিঃ কৃষ্ণচৈতন্য রস বিগ্রহঃ।
পূর্ণশুদ্ধনিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নাম নামিনোঃ।

অর্থ

অরেপ্পা অথংবা নুংঙাইবা কৃষ্ণনাম শিদয়াইনি। অসেংবা অরূবা অরেপ্পা মপুং নামগা কৃষ্ণগা তোপ্তে। হরিনাম শোন্দুনা নুমিৎ খুদিং কৃষ্ণ সেবা তৌবরু নিত্যাচারনি। নিত্যাচার ( নুমিৎ খুদিংগী থৌরম ) কাইফদে।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

প্রত্যবায় জনকাভাব প্রতি যোগি কার্য্যম্ নিত্যাচারম্ ॥

অর্থ

নুমিৎ খুদিং কাইহৈদনা তৌববু নিত্যাচার ( নুমিৎ খুদিং থৌরম ) কৌই। মচাপোকপা অমম্ভং ইমুংশিবা য়াওরবম্থ ইরুজরগা শেংলে। হরিনাম শোন্দুনা তৌরিবা নিতিগী কৃষ্ণ সেবাদি তৌগনি। নিতি সেবাগীদমক্তা অতোপ্পনা শেংগদবা নত্তে মশানা শেংজবনি। নুমিৎনা অমম্বা ঙানবগুম্না নিতি সেবানা অমাংবদো শেংঙি। করিগুম্বা অমাংবা অমনা নিতি কৃষ্ণ সেবাদি মাংহনবা ঙমদে। হরিনামনা তৌরিবা নিতি কৃষ্ণ সেবাদি মশানা শেংজবনি।

তথাহি হরিভক্তি বিলাসে

বলিত্বাৎ কৃষ্ণমন্ত্রাণাং সংস্কারাপেক্ষণ'নহি

অর্থ

পাঙ্গলবদগী কৃষ্ণনাম-মন্ত্রগী অতৈ সংস্কার ( শেংনবা ) লৈতে। হরিনাম্না নিতি কৃষ্ণসেবা তৌজবদি রাগানুগা ভক্তি সাধন্নি। হরিনাম্না রাধাকৃষ্ণনি হরিনাম শোনবনা রাগানুগা ভক্তি সাধন্নি।

## ৪২। রাগানুগাভক্তি সাধন

শ্রীবৃন্দাবন কুঞ্জ মন্দিরদা রাধাকৃষ্ণগী সিদ্ধ সেবামক্তি হায়না ইশানা হরিনাম শোন্দুনা বিগ্রহ শ্রীমূর্ত্তিদা পেনবিনবা ঈশিং,

তুলসীনচিংবা কৎতুনা খুরুমগনি। মসিনা অথোইব রাগা-নুগাভক্তি সাধন্নি।

তথাহি রসামৃতে

সেবা সাধকরূপেণ সিদ্ধরূপেণ চাত্র হি।
তদ্ভাবলিপ্সুনা কার্য্যাব্রজলোকানুসারতঃ॥

অর্থ

সেবা পামজবী সখী মঞ্জরীগী তুংইঞ্জদুনা।
সিদ্ধনা সাধকনা রাধাকৃষ্ণ সেবা তৌজগনি॥

তথাহি ভাগবতে (১০/৮৭/১৯)

স্ত্রিয় উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ডবিষক্তধিয়ো
বয়মপি তে সমাঃ সমদৃশোঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ

অর্থ

হে কৃষ্ণ। নংগী লিনভুমজবা প্যাম্বোমদা পামজবা গোপীশিংগী। মতুংইন্না নংগী চরণ থম্বালগী লৈহিবু শ্রুতি ঐখোয়সু চুপচরি॥ হায়রসিনা রাগানুগাভক্তি তৌরগা রাধাকৃষ্ণ ফংবগী খুদমনি॥

## ৪৩। বিবাহ—লুহোংবা থৌরম

মমা মপা শ্রীগুরুনা হরিনাম শোন্দুনা, পেনাবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং, তুলসীনচিংবা অচা-অথক লুহোংবগী পোৎলম পুন্নমক কৎলগা নুপা-নুপী নক্বা ফম্মিন্নহল্লগা, নবানি গুসিমথৈ কাইনফদবা পুন্সি লৈপুন্নিকো হায়না হরিনাম শোন্দুনা

কুজবা পুনবিগনি মাতুদা নুপা-নুপী অনিমক লৌন-লৈনববা কাইনফদবা পুন্সি লৈপুন ওইববনি হায়না হরিনাম শোনমিন্নবগা ঈশ্বর নিংশিংমিন্নগনি, মাতুদা দান থাদগনি। নুপীনা ৭ লক কোইরগা, ৭ লক লৈ-চাইরগা নুপাদা লৈ হুক্কুনা খুরুম্লগা নুপাগী ওইথংনা ফম্মিন্নগনি, নুপানা নুপীদা লৈ হুকনি। অমুম্না লুহোংবিরগা মচাবু ধর্ম্মথৌরম পুন্নমক চৎমিন্নহন্দুনা ঈশ্বর ফংনবা ময়ুম পালহনগনি, অমসুং কৎলিবা প্রসাদিদুনা তিল্লিবা নুপী অণ্ডাং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুন্নমক্তো ভোজন ( পীজপীথক ) সেবাগা লোয়ননা ঙমজবা দক্ষিণা তৌজগনি। তিল্লিবা মীতিন অদুনসু হরিনাম শোন্দুনা ভক্তি প্রার্থনা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা লুহোংলিবা নুপা নুপী-গী দমক্তা য়াইফ থৌনিবিগনি। মসিনা থৌরমদুগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি ( ঈশ্বরনা পেনবা নি হায়রি।

## ৪৪। বিবাহ- লুহোংবা।

কায়নফদনা পুন্সি লৈপুন ওইনা য়ুমপানমিন্নদুনা কৃষ্ণ-নিংমিন্নবা, হরিনাম শোনমিন্নদুনা নুপা-নুপী লৌন-লৈনববু লুহোংবা কৌই॥

তথাহি ক্রিয়াকাণ্ডে

পতি পত্নিত্ব সম্পাদক সংস্কারকে বিবাহ বলে।

অর্থ

মপুরোইবনি তালোইনি মশক পান্নবা সংস্কার ( শেংদোকপা ) বু বিবাহ ( লুহোংবা ) কৌই। লুহোংবনা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌরমনি।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

গৃহস্থো ব্রহ্মচারীচ বানপ্রস্থোঽথ ভিক্ষুকঃ
চত্বার আশ্রমাঃ প্রোক্তা সর্ব্ব গার্হস্থ্য মুলকাঃ॥

অর্থ

গৃহস্থ, ব্রহ্মচারী, বানপ্রস্থ, ভিক্ষুক আশ্রম মরিনি। মরিসিদগী গৃহস্থ ( য়ুমপানবা ) না খ্বাইদগী মরুনি॥

তথাহি ক্রিয়াকাণ্ডে

গৃহস্থেন সদাকার্য্যমাচার পরিপালনম্।
ন হ্যাচার বিহীনস্থ সুখমত্র পরত্র চ॥
আচারাদ্বর্দ্ধতে হ্যায়ূরাচারো হন্ত্যলক্ষণম্॥

অর্থ

য়ুমপানবনা লৈবখিবিক্তা ধর্ম্ম থৌরমশিং য়োক্লিবনি। ধর্ম্ম থৌরম চৎত্রেবদি হিংবা শিবদসু অৱাবমক্তনি। ধর্ম্ম থৌরম্না য়াইথিবা মাংহন্দুনা পুনশিহল্লি নুংঙাইহল্লি।

তথাহি স্মৃতি

ন গৃহং গৃহমিত্যাহ গৃহীণী গৃহমুচ্যতে।
তয়াহি সহিতঃ সর্ব্বান্ পুরুষার্থান সমশ্নুতে॥

অর্থ

নুপাগী য়ুম্না য়ুম নত্তে তালোইনা য়ুম্নি হায়রি।
তালোইগা লোইননা লেপ্পা কৃষ্ণ নিংমিম্মগনি॥

## ৪৫। মনবৈরাগ্য—পুক্নিং লম্বোইবা।

ইমা ইপা গুরু কৃপাদগী হরিনাম অমসুং দীক্ষা প্রণালিকা ফংদুনা কৃষ্ণনিংলববু মনবৈরাগ্য ( পুক্নিং লম্বোইবা ) কৌই।

তথাহি ভাগবতে

মানসোবৃত্তয়ো নঃ স্যুঃ কৃষ্ণপাদাশ্রয়াঃ।
বাচোঽভিধায়িণী নাম্নাং কায়স্তৎপ্রহ্বণাদিষু॥

অর্থ

ঐখোইগী পুক্নিংনা কৃষ্ণচরণ নিংসনু, চিন্না নাম শোনসনু।
হকচাংনা কৃষ্ণচরণ খুরুম্বনচিংবদা লেপ্পা ওইরসনু॥

## ৪৬। মনবৈরাগ্যগী শিরগা মশাদা ডোর পুনবা।

মনবৈরাগ্য ওইরবনা আতুর তাদুনা শিরবদি অশিবা মশাদা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা ডোর পুন্দুনা বৈরাগ্য বেশ লৈতেংবিগনি। মনবৈরাগ্য মশানা হান্না লম্বোইরবনি।

তথাহি চরিতামৃতে

হরিদাস অঙ্গে দিল প্রসাদ চন্দন।
ডোর করার প্রসাদ বস্ত্র অঙ্গে দিল॥

অর্থ

মহাপ্রভুনা শিরবা হরিদাসগী মশাদা ডোর পুনবিচুনা। বৈরাগ্য বেশ লৈতেংবী, চন্দন থীনবী, নৈর্মল্যস্ব লৈতেংবী।'

## ৪৭। বৈরাগ্য মন্ত্র—লম্মোইবা মন্ত্র।

লম্মোইবা ( বৈরাগ্য ) মন্ত্রদি হরিনাম মহামন্ত্রনি।

তথাহি বেষাশ্রয়

ততোদদ্যান্মহামন্ত্রং হরেকৃষ্ণ পুরঃসরম্॥

অর্থ

শ্রীগুরু ইমা ইপাদগী পোকপা অগস্তং দীক্ষা প্রণালিকাদা হান্না হরিনাম মহামন্ত্র ফংলবদগী লম্মোইবদস্থ হরিনাম মহামন্ত্র শোল্লগা ডোর পুন্দুনা লম্মোইগনি॥

"হরিনাম মহামন্ত্র যোলনাম"

হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥

## ৪৮। বৈরাগ্য—( লম্মোইবা ) থৌরম।

শ্রীস্বামী গুরুনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ভেক ( বৈরাগ্যবেশ—লম্মোইবফিজেৎ , কৎলগা বৈরাগ্যমন্ত্র "হরিনাম মহামন্ত্র" শোন্দুনা ডোর য়েৎলোমদা মুপী-মুপা চপমান্নবা পুনবিচুনা লম্মোইবফিজেৎ (বৈরাগ্যবেশ) শেৎহল্লগা

দাসনাম থোনবিদুনা ( বিষয় ) থৌহৈপাম্বা থাদোকহল্লগা ভিক্ষা নিদুনা হরিনাম শোন্দুনা পাম্না শ্রীরাধাকৃষ্ণ নিংহন্দুনা লম্বোইগনি।

## ৪৯। বৈরাগ্য—লম্বোইবা

হরিনাম সঙ্কীর্ত্তণ বৈরাগ্যমুচ্যতে।

অর্থ

কৃষ্ণ পাম্না হরিনাম শোনবদো বৈরাগ্য ( লম্বোইবা ) নি। লম্বোইবগা নিংজরবদি লেপ্পা রাধাকৃষ্ণ ফংজরবনি। কৃষ্ণ পাম্বনা বৈরাগ্য ( লম্বোইবা ) নি, হরিনামনা লম্বোইবগী মন্ত্রনি। চংথোন্না রাধাকৃষ্ণ শোনববু সংকীর্ত্তণ ( হরিনাম শোনবা ) কৌই।

তথাহি চরিতামৃতে

প্রভু উপদেশ কৈল নাম সংকীর্ত্তণ।
বৈরাগীর ধর্ম্ম হয় নাম সংকীর্ত্তণ॥
নাম হইতে হয় সর্ব্বজগৎ নিস্তার।
কলিকালে নামরূপে কৃষ্ণ অবতার॥

অর্থ

শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা তাকপী হরিনাম শোন্দুনা লম্বোইয়ু।
বৈরাগ্য ( লম্বোইবা ) গী মন্ত্রদি হরিনাম মহামন্ত্রনি॥
হরিনাম শোঞ্জরগা লেপ্পা মীতুনা রাধাকৃষ্ণ ফংলে।
হৌজিক কলিদা শ্রীকৃষ্ণনা হরিনাম ওইরে॥
শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা হরিনামতমক শোন্দুনা লম্বোইখি।

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে

শ্রীচৈতন্যমুখোদগীর্ণ হরেকৃষ্ণেতি বর্ণকাঃ।
মজ্জয়ন্তোজগৎপ্রেম্নি বিজয়ন্তেতদাহ্বয়া।

অর্থ

শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুনা শোল্লরুবা হরিনামনা ওমজরি।
মাগী থোজাম্না তাইবং পুম্বা কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্লিবনি ॥
হৌজিক কলিদা হরিনাম নত্তনা করিসু লৈতরে ॥

অথাহি তন্ত্রে

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং।
কলৌনাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যথা।

অর্থ

হরিনামনা হরিনামনা হরিনামনা অরেপ্পনি।
কলিদা অতোপ্পা পাঙ্গল লৈতে'বা লৈতে'বা লৈতে'বা ॥
বিষয় ( থৌহৈ ) থাদোক্লগা পাম্না মুংশিনা।
হরিনাম শোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ নিংববু লম্বোইবনি ॥

তথাহি রসামৃতে

অনাসক্তস্য বিষয়ান যথার্হমুপযুঞ্জতঃ।
নির্বন্ধঃ কৃষ্ণসম্বন্ধে যুক্ত বৈরাগ্য মুচ্যতে ॥

অর্থ

মতিক ওক্না চারিবা বিষয় ( থৌহৈপাম্বা ) থাদোক্লগা।
মুংশিনা পাম্না রাধাকৃষ্ণ নিংজববু লম্বোইবা কৌই।

## ৫০। বৈরাগ্যবেশ নিপান

ডোর, কোপীন, বহির্ব্বাস, ছত্র, দণ্ড, কমণ্ডলু, ঝুলী, ভিক্ষা —৮ অসিনি।

(ক) ডোর—খাংলি খুদুম ১৪ শাংবা হুই অমা পাকপা ফিনা ওইগনি। ডোরদি কৃষ্ণপ্রেম গী মশক্নি।

(খ) কৌপীন—নাম্নে খুদুম ১৪ শাংবা, হুই অমা পাকপা ফিনা ওইগনি। কোপীন্দি কৃষ্ণসুখ ( কৃষ্ণগী নুংঙাইবা ) গী মশক্নি।

গ) বহির্ব্বাস—খাংজেৎ মথল অনিনি—কটিবেড় অমা, ভাগবতি অমা।

১। কটিবেড়—খাংত থুংবা খুউ মথক্তা য়োৌবা ফিনা ওইগনি।

২। ভাগবতি—অচৌবা মরাং কাইনা শেৎপা য়াবা ফিনা ওইগনি। বহির্ব্বাস—শ্রীকৃষ্ণভাব (কৃষ্ণপাম্বা) গী মশক্নি।

(ঘ) ছত্র—য়েমপাক্নি—ছত্রদি শ্রীকৃষ্ণউৎকণ্ঠা ( কৃষ্ণবু খৌরাংবা ) গী মশক্নি।

(ঙ) দণ্ড—চৈশু—খুদুম ১২ শাংগনি, দণ্ডদি শ্রীকৃষ্ণউদ্বেগ ( কৃষ্ণগী অইনকনবা ) গী মশক্নি।

(চ) কমণ্ডলু—য়ুবী-খুজাইনি, কমণ্ডলুদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেমপাত্র ( কৃষ্ণনুংশিবা ) গী মশক্নি।

(ছ) ঝুলী—থাওনি—ঝুলীদি শ্রীকৃষ্ণ আশা (কৃষ্ণনিংবা) নি।

(জ) ভিক্ষা—চিঙ্গাক্নি, ভিক্ষাদি 'হরিনাম' নি।

(ছ) দাসনাম—লম্বোইবদা থোনবা মিংনি।

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র নুপা-নুপী, অঙাং অহন মীপুম খুদিংমক্ হিংলিঙৈদা পুক্নিং লম্বোইরগা শিবদস্থ লম্বোইগনি।

## ৫১। মীওইবগী মপোক

তাইবংমী ওইনা পোকপদা ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, ভিক্ষুক আশ্রম মরিসে ইমাপুকনুংগী লোইনরক্লবা থাদোকফদ্রবা ইথৌ ধর্ম্ম থৌরম্নি।

তথাহি ভাগবতে

মুখবাহূরুপাদেভ্যঃ পুরুষস্যাশ্রমৈস হ।
চত্বারোজজ্ঞিরে বর্ণাগুণৈর্ব্বিপ্রাদয়ঃ পৃথক্॥

অর্থ

কৃষ্ণগী চিন, পাম্বোম-খৈবোম, খোংদগী—আশ্রম ( ধর্ম্ময়ুম্ফম্ ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, ভিক্ষুক ) মরিমক ফিজেৎকা লোইননা মগুম্মা তোপ্লবা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র জাতি মরি পোকখি।

## ৫২। ব্রহ্মচারী—লাইনিংবা

মীপুম খুদিংমক গর্ভধান ( নাওপীবা ) পোকপা, নামকাম্বা, ইপানথাবা, মিংথোনবা, শেংদোকপা, চউম্বা, লুকোক-নাহুৎপা,

মহৈতম্বা হৌবা, লুগুণ থাংবা, লাইনিং-লাইমিং লৌরগা মুমিৎ খুদিং হরিনাম শোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ নিংবা ফাওবসি ব্রহ্মচারী ( লাইনিংবা ) নি, পোকপদা লোইনরকপা নহাগী ফিজেৎ ব্রহ্মচারীনা শেৎকনি।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

উপনয়নান্তরং নিয়ম কৃত্বা গুরোঃ সন্নিধৌ।
স্থিত্বাসাঙ্গবেদা ধ্যায়নং করোতি যঃ ব্রহ্মচারী॥

অর্থ

শ্রীগুরুদা চংজরগা লুগুণ থাংদুনা লাইনিং লাইমিং লৌরগা মুমিৎ খুদিংগী রাধাকৃষ্ণ নিংবা ফাওবসি ব্রহ্মচারী ( লাইনিংবা ) নি।

## ৫৩। গৃহস্থ—য়ুমপানবা

হরিনাম শোন্দুনা লুহোংবদগীনা গর্ভধান ( নাওপীবা ), চাবোক থৌরম, মচাদা হরিনাম কাম্বা, ইপান থাবা, অঙাং শেংদোকপা, মিংথোনবা, চউম্বা, লুকোক নাহুৎপা, মহৈতম্বা হৌবা, লুগুণ থাংবা, লাইনিং-লাইমিং লৌবিবা, লুহোংবীবা, ইমা-ইপা য়োকপা সেবা তৌবা. ইমা-ইপাগী সোরাৎ ফিরোইনচিংবা ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা মতৈ-মনাও অনিমক্তা হরিনামতমক শোনমিন্নদুনা নিতৌগী রাধাকৃষ্ণ নিংমিন্নববু গৃহস্থ ( য়ুমপানবা ) কৌই।

তথাহি স্মৃতি

নগৃহং গৃহমিত্যাহ গৃহীণী গৃহমুচ্যতে।
তয়াহি সহিতঃ সর্ব্বান পুরুষার্থানসমশ্নুতে ॥

অর্থ

মুপাগী য়ুম্না য়ুম নত্তে তালোইনা য়ুম্নি হায়রি। তালোইগা লোইননা লেপ্না রাধাকৃষ্ণ নিংমিম্নগনি ॥ গৃহস্থদা, পোকপদা লোইনরবা য়ুমপানবগী ফিজেৎ শেৎকনি।

## ৫৪। বানপ্রস্থ—অহল ওইবা

ইথৌ লেল্লবা অহল ওইরবা, রাইশংলবা, ইশা কোম্লবা, হরিনামতমক শোন্দুনা পেনবিনবা রাধাকৃষ্ণ নিংবদো বানপ্রস্থ ( অহল ওইবা ) কৌই। বানপ্রস্থদা, পোকপদা লোইনরকপা অহলগী ফিজেৎ শেৎকনি।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

বৈখানসোঽগ্রহঃ বানপ্রস্থোঃ উচ্যতে।

অর্থ

অহল ওইরদুনা ইথৌ লেল্লববু বানপ্রস্থ ( হন্দুরবা ) কৌই।

## ৫৫। ভিক্ষুক—লম্বোইবা

থৌহৈ ( বিষয় ) থাদোক্লগা হরিনামত শোন্দুনা পেনবিনবা রাধাকৃষ্ণ নিংববু ভিক্ষুক ( লম্বোইবা ) কৌই। লম্বোইবদা মশানা পোকপদা লোইনরক্লবা লম্বোইফিজেৎ শেৎকনি।

তথাহি শ্রীনারদসূত্রে

নিরোধস্তু লোকবেদব্যাপারসন্ন্যাসঃ।

অর্থ

মীগী, বেদগী চৎনবী থাদোক্লগা রাধাকৃষ্ণ নিংববু লম্বোইবনি। মীনা লম্বোইবিগদবা নত্তে, মশানা লম্বোইজবনি। গৌরধর্ম্ম চৎপা গৌড়িয়া মীপুম খুদিং শিববু লম্বোইবনি। পুন্নমক থাদোক্লুনা শিরিবসি মশানা লম্বোইজবনি। লম্বোইবা অয়া-য়াদা অমসুং অপাম-পামদা থাইকদে। মীপুম খুদিংমক্কী মশাদা লম্বোইবা লৈনবা ওাক্লনি॥ অওাং অহল, নুপা-নুপী, মীপুম খুদিংমক লম্বোইগনি। পোকপদা শাগোম্নরক্লবা আশ্রম ( ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, ভিক্ষুক ) না রাধাকৃষ্ণ নিংদ্রবদি অমসুং শিবদা লম্বোইদ্রবদি মীদো লৈথা তাক্লনা মাংলে।

তথাহি ভাগবতে

য এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্।
ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ॥

অর্থ

মহাক্কী আশ্রম লোইননা পোক্লকক্কম শ্রীকৃষ্ণবু আশ্রমনা নিংদ্রবদি ( থৌশাদ্রবদি ) মীদো লৈথা তারবনি।

## ৫৬। অধ্যাত্ম—শাগোম্মরকপা

শ্রীগুরু ইমা ইপানা পীবিবদগী গর্ভধান ( নাওপীবা ) পোকপদা ইশানা লোইনজররুবা হরিনাম শোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ নিংবনা শাগোম্মরকপা ইথৌনি। ঐনা প্োকপা, হিংবা, শিবদা হরিনামতমক শোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ নিংজনি।

তথাহি ভাগবতে

অহমেবাসমেবাগ্রেনান্যদ্ যৎসদসৎপরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোহবশিষ্যেত সোহস্ম্যহম্॥

অর্থ

অহৌবদসু কৃষ্ণ ঐহাক্নি, মরক্তসু কৃষ্ণ ঐহাক্নি।
অরোইবসু কৃষ্ণ ঐহাক্নি, কৃষ্ণ ঐনা অরেম্বা মরীনি॥

## ৫৭। অঙাংলম্বোইবা

অঙাং দীক্ষা প্রণালিকা ক্ষংহন্দুনা লাইমিং শৌবিরগা লম্বোইহনগনি, লম্বোইবদি রাধাকৃষ্ণ পাম্না নিংবনি। য়াদবা লৈতে অঙাং-অহল, নুপী-নুপা লোইনমক যাই। পোকপদা নাম কামলিবা অঙাংদো লম্বোইবা হৌরবনি।

তথাহি ভাগবতে

কৌমার আচরেৎ প্রাজ্ঞো ধর্মান্ ভাগবতানিহ।
দুর্লভং মানুষং জন্ম তদপ্যধ্রুবমর্থদম্।

অর্থ

কাম্নবা পীবা মীগী মপোকসে অরেপ্পদি নত্তে।
মসিদা অথংবশিংনা অঙাংবু ভগবৎ ধর্ম্ম চৎহনগনি ।।

## ৫৮। আতুরসন্ন্যাস—শিরমদাই লম্বোইবা

শিরমদাইদা ৱানা নিংতুনা কৃষ্ণ শোনববু আতুরসন্ন্যাসনি।

তথাহি গীতা

চতুর্ব্বিধা ভজন্তে মাং জনাঃ সুকৃতিনোঽর্জ্জুন।
আর্ত্তো জিজ্ঞাসুরর্থার্থী জ্ঞানীচ ভরতর্ষভ।

অর্থ

অর্জ্জুন। ৱাররবা, খংনিংবা, ফংনিংবা, খংলবা।
পুকসেংলবা মরিসিনা কৃষ্ণ ঐবু নিংঙি ।।
আতুর ( শিবা ) তাররবদি য়ুম মাংবা মী মৈনীংকুম্বী।
সংস্কার তৌরগা সেংদোকপীরগা লম্বোইগনি ।।

তথাহি স্মৃতি

আতুরানাঞ্চ সন্ন্যাসে ন বিধি নৈবচ ক্রিয়া।
প্রেষ্ঠ মন্ত্র সমুচার্য্য সন্ন্যাস পরিপুরিয়েৎ ॥

অর্থ

শিরমদাই-লম্বোইবা য়াদবা লৈতে মাংবসু লৈতে।
বৈরাগ্যমন্ত্র ( হরিনাম ) পীতুনা মপুংফানা লম্বোইগনি ।।

## ৫৭। সংস্কার—সেংদোকপা থৌরম

শুদ্ধিজণক কার্য্য সংস্কার মুচ্যতে।

অর্থ

অমাংবদো অসেংবা কংহনবা থৌরম্মু সংস্কার ( সেংদোকপা ) কৌই। য়ুম-মাংবমী, মৈনীংকুম্বীনচিংবা অমাংবা মী পুন্নমকপু শ্রীগুরু, শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীরাধাকৃষ্ণ নিংশিংহল্লগা হরিনাম শোনহনগনি অমসুং শোনবিগনি তাহনগনি। নাম শোনবনা পুমসেং সেংলে শ্রীকৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্রদি। মশানা সংস্কার ( সেংবা ) নি অতৈ সংস্কার অমা লৈতে।

তথাহি হরিভক্তিবিলাস

বলিত্বাৎ কৃষ্ণ মন্ত্রাণাং সংস্কারাপেক্ষণং ন হি

অর্থ

পুন্নমক্তগী পাঙ্গনবদগী শ্রীকৃষ্ণগী নাম-মন্ত্রদি।
মশানা সংস্কার ( সেংজবা ) নি অতৈ সেংনবা লৈতে॥

তথাহি ভাগবতে

অহোবতঃ শ্বপচোঽতোগরীয়ান্ যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নাম তুভ্যম্।
তেপুস্তপস্তেজুহুবুঃ সস্নুরার্য্যা ব্রহ্মাণুচুর্নাম গৃনন্তি যে তে॥

অর্থ

চণ্ডালসু নাম্বু শোল্লবদি সেংলে মীচুনা নাম্বু শোল্লবদি।
ধ্যান যজ্ঞ পূজা তীর্থস্নান বেদপাঠসু তৌরে পুমসেং সেংলে॥

তথাহি বৈষ্ণবাচার পদ্ধতি

নদেশনিয়মস্তথা নকাল নিয়মস্তথা।

নোচ্ছিষ্টাদৌ নিষেধস্ত হরের্নামনি লুব্ধক ॥

অর্থ

হরিনাম লৌবা পীবা শোনবদা মতম মফম

মীওই অয়া-য়াদ, অসেং অমাংনচিংবা খাইফদে ॥

## ৬০। প্রায়শ্চিত্ত- পাপ ( তেকচাক ) কোক্রবা থৌরম্

পাপক্ষয় সাধনং কর্ম্মঃ প্রায়শ্চিত্ত মুচ্যতে।

অর্থ

পাপ ( তেকচাক ) কোক্রবা থৌরম্ প্রায়শ্চিত্ত ( তেকচাক্ কোক্রবা ) কৌই। জাৎ তাক্রবা, হাৎহৈদবা হাৎলুবা, তৌহৈদবা তৌরুবা পুম্নমক্তা নিংশিংলগা হরিনাম শোল্লবদি অমসুং শোনবিরবদি পাপ ( তেকচাক ) কোক্লে সেংলে। আত্মাঘাট ( থৌরি য়ান্দুনা শিবা ) নচিংবগী মশাদা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা তুলসী মনানা ঈশিং থিকপীরবদি পাপ ( তেকচাক ) কোক্লে পুমসেং সেংলে ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমক লোইনা তৌবা য়ারে। প্রায়শ্চিত্ত পুম্নমক্তগী হরিনাম শোনবনা অথোইবনি।

তথাহি হরিভক্তি বিলাসে ( ৩ বিলাসে )

কৃতে পাপেঽনুতাপোবৈ যস্ত পুংসঃ প্রজায়তে।

প্রায়শ্চিত্তন্ত তস্যৈকং হরি সংস্মরণং পরং ॥

অর্থ

তৌহৈদবা তৌরুবদগী প্যাপ ( তেকচাক ) পুন্নবদা মীহুনা হরিনাম নিংশিংবদা শোঞ্জবদা পাপ কোক্লে সেংলে ॥

তথাহি ব্রহ্মযামলে

বিপ্রাদি বর্ণ লোকাশ্চ ধর্ম্ম রহিতাঃ কলৌ।
তেষাঞ্চ নিষ্কৃতি নাস্তি হরিনাম বিনা প্রিয়ে ॥

অর্থ

প্রিয়ে ! ব্রাহ্মনচিংবগী আশ্রম ধর্ম্ম অমা লৈতরে।
হরিনাম নত্তনা কলিদা প্রায়শ্চিত্ত অমা লৈতে।

তথাহি ভক্তিরসামৃতে

প্রোদ্যন্নন্তঃ করণ কুহরে হন্তঃ যন্নামভানো
রভাসোহপি ক্ষপয়তি মহা পাতক ধ্বান্তরাশি ॥

অর্থ

থম্মোই লোক্তা থোক্লবা নাম নুমিৎকী মঙান্না।
মহাপাপ অমম্বা মপৈবু লাইনা কোকই ওন্থোকপনি ॥

## ৬১। স্বামীগুরু—লম্নোইবিবা গুরু

বৈরাগ্য ধর্ম্ম উপদেশক স্বামীগুরুঃ।

অর্থ

বৈরাগ্যমন্ত্র (হরিনাম) শোন্দুনা ভেক-পীবিববু স্বামী গুরু কৌই।

## ৬২। স্বামীগুরু কনাদা ওইগনি।

হরিনাম্বু শোল্লবদি ব্রাহ্মণসু লম্বোইবসু পোইদবসু।
ক্ষেত্রি-বৈশ্য শূদ্রসু নুপীসু অঙাংসু মীপুম খুদিংমকসু॥
থংবু থংলবদি লোইনা স্বামী গুরু ওইবা য়াই।
আতুর (শিবা) তারবদি মী অমনা হেক্ত স্বামী গুরু ওইগনি।

তথাহি চরিতামৃতে মঃ পঃ ৮

কিবা বিপ্র কিবা ন্যাসী কেন শূদ্র নয়।
যেই কৃষ্ণ তত্ত্ব বেতা সেই গুরু হয়॥

অর্থ

ব্রাহ্মণনা করিনো লম্বোইবনা করিনো শূদ্রনা করি ওইরোই। মীতুনা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব থংলবদি মানা স্বামীগুরু ওইগনি হায়রবসি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী অরেপ্পা য়াথংনি। হরিনাম শোল্লবদি বামনগী মৈতৈনা, নুপীগী নুপানা, মরাগী মতুনা, মমা-মপাগী মচানা, ময়াম্বগী মনাওনা, অহলগী অঙাংনা, চণ্ডাল ফাওবনা অমসুং মী অমনা মী অমগী গুরু অমসুং স্বামী গুরু ওইবা য়াই মরমদি মীপুম খুদিংমক্কা ধর্মগী অধিকার (মথৌ) নি॥

তথাহি অগস্ত সংহিতা (বৈষ্ণবচার পদ্ধতি)

স্ত্রিয়ঃ পতিব্রতাশ্চান্যে প্রতিলোমনুলোমজাঃ
লোকাশ্চণ্ডালাঃ পর্য্যন্তাঃ সর্ব্বেহপ্যত্রাধিকারিণঃ।

অর্থ

মপুরোই চাহেল্লবী মুপী, ফজ্রবা লাম্নবী মচা, চণ্ডালমচিংবা মুপা-মুপী অণাং অহন মীপুম খুদিংমক্কা ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমক্কী অধিকারনি।

তথাহি হরিভক্তিবিলাসে

তান্ত্রিকেষুচ মন্ত্রেষু দীক্ষায়াং যোষিতামপি।
সাধ্বীনাং মধিকারোহস্তি শূদ্রাদীনাঞ্চ সদ্ধিয়াম্॥

অর্থ

হরিনাম্ম শোল্লবদি মুপী-অণাং চণ্ডালমচিংবনা।
ব্রাহ্মণমচিংবা মীপুম খুদিংমক্কী স্বামীগুরু ওইবা য়াই।

## ৬৩। অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া—শিবা থৌরম্

মশানা হরিনাম শোন্দুনা শিববু বৈরাগ্য লম্বোইবনি।
শিরমদাই হরিনাম শোন্দুনা লম্বোইগনি।
গৌরধর্ম্ম চৎপা গৌড়িয়ানা শিবদা লম্বোইগনি।
শিবদা হরিনাম শোঞ্জগনি অনম্মুং শোনবিগনি।
হরিনাম শোন্দুনা পুথোক্লগা অশিবা পোৎলোইগনি।

## ৬৪। অশিবা পোৎলোইবা

অশিবা হকচাংদা পোৎলোইবা মথল অহুম্নি।
মাঙ্গুদি লৈবাক্তা ফুম্বা, মৈথাবা, ঈশিংদা থাদবা॥

তথাহি বেষাশ্রয়

মৃতদেহস্য দাহং বা খননং প্লবনংতুবা।
করোতু কশ্চিৎ পুত্রাদি ন করোতু ন তে ক্ষতি।

অর্থ

শিরবা হকচাংদো মৈথাবা, লৈবাক্তা ফুম্বা, ঈশিংদা থাদবা অহুমসিগী মরক্তগী অমা তৌগনি, মচানচিংবনা তৌদ্রবস্থ শিগ্রবগীদি করিস্থ অমতা মাংবা লৈতরে।

৬৫। অস্থিসঞ্চয়—অস্থি ( শরু ) লৌখৎপা থৌরম

শিগ্রবগী মহুৎ থৌবনা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং তুলসী কৎলগা হরিনাম শোন্দুনা তুলসী মনানা ঈশিং থিক্কুনা সেংদোক্লগা অস্থিদো লৌখৎকনি অমস্থং হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা অচা-অথকনচিংবা মরীলৈনবা পোৎলম কৎলগা, থৌরমহুদা তিল্লিবা মুপী-অঙাং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবনচিংবা মীতিন অহুনা পুল্লপা কৃষ্ণপ্রীতিগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি প্রার্থনা তৌমিন্নরগা অহুদগী কৎলিবা প্রসাদি অহুনা মুপী-অঙাং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পুন্নমক্তো ভোজন সেবা ( পীজ-পীথকপা সেবা ) তৌজগনি মসিনা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণপ্রীতিনি। অস্থি ( শরু ) লৌবা অমস্থং লৌদবা অপাম্বগী মতুংইন্না তৌনরি।।

## ৬৬। বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ—বৈষ্ণব সোরাৎ শোনবা

হরিনামতনা কৃষ্ণদা থাজনা কৎপবু বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ ( কৃষ্ণ নিংবা সোরাৎ ) নি।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

শ্রদ্ধয়া দীয়তে যস্মাৎ শ্রাদ্ধ তেন নিগদ্যতে।

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণদা থাজনা কৎলিবদো শ্রাদ্ধ ( সোরাৎ শোনবা ) কৌই।

তথাহি হরিভক্তিবিলাসে

প্রাপ্তে শ্রাদ্ধদিনেঽপি প্রাগন্নং ভগবতেঽর্পয়েৎ।

তচ্ছেষেনৈবা কুর্ব্বীত শ্রাদ্ধং ভাগবতো নরঃ।

অর্থ

সোরাৎ নুমিৎতা হান্না শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা শেষ প্রসাদিচুনা শ্রাদ্ধ ( ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব পীজ পীথক সেবা ) তৌগনি ভক্ত বৈষ্ণবনা।

## ৬৭। শ্রাদ্ধদিন—সোরাৎ শোনবা নুমিৎ

অশিবা পোৎলোইবা লোইরবদি নুমিৎ অচুদগা সোরাৎ শোনবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী সেবা য়ারে অচুনা ১৪ নি কাওবদা শোনগনি।

তথাহি শ্রীনারদসূত্রে

নিরোধস্তু লোকবেদ ব্যাপার সন্ন্যাসঃ।

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা বেদবিধি অমসুং চৎনবি থাদোকপবু সন্ন্যাস ( লম্বোইবা ) কৌই।

### ৬৮। বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ নিয়ম—কৃষ্ণ নিংবা সোরাং বায়েন

বৈষ্ণব শ্রাদ্ধদি পোংলোইবা লোইবা মুমিৎতা লাইরিক ( শ্রীমূর্ত্তি ) লেংসিন্দুনা ঈশিং তুলসিনচিংবা অচা-অথক কৎতুনা শ্রবণ লোইননা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, পীজপীথক গুমজবা সেবা তৌরিবা অসিনসু লোইবা য়ারে।

### ৬৯। ফিরোই মুমিৎ

ওল্লকপা চহিগী শিথিবা থাবান মুমিৎতা ফিরোই শোনগনি। সঙ্কীর্ত্তণ ( হরিনাম শোনবা ) না সোরাৎ ফিরোইনচিংবা গৌরম কৃষ্ণদা কৎকনি হায়বদি হরিনামনা সোরাৎ ফিরোই শোনগনি।

### ৭০। সংকীর্ত্তন—হরিনাম শোনবা

মুংশিনা রাধাকৃষ্ণ শোনববু সঙ্কীর্ত্তণ (হরিনাম শোনবা কৌই।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

সম্যকপ্রকারেণ দেবতা নামোচ্চারণম্ সংকীর্ত্তণম্

অর্থ

চংথোম্না ঈশ্বরগী নাম শোনববু সঙ্কীর্ত্তণ কৌই।

তথাহি হরিনাম

হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে॥

তথাহি পদ্মোত্তরখণ্ড

কৃষ্ণনাম্নঃ জগৎজন্ম যৎকিঞ্চিৎ ক্রিয়তে।
তৎকর্ম্ম এবস্মাৎ সাক্ষাৎ গৃণাতি কেশবঃ॥

অর্থ

কৃষ্ণনামদগী জগৎ পোকই নামনা তৌরিবা।
ধর্ম্ম থৌরমদো খুৎফংননা শ্রীকৃষ্ণনা লৌই॥

## ৭১। বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ সম্বৎসর

## ( কৃষ্ণনিংবগী সোরাং ফিরোই শোনবা থৌরম )

শিগ্রবগী মহুৎ থৌবুনা সোরাং অমস্তুং ফিরোই নুমিৎতা হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং তুলসীনচিংবা অচা-অথক গুমজবা পোৎলম কৎলগা, তিল্লিবা নুপী অণ্ডাং ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবনচিংবদুনা পুল্লগা হরিনাম শোনম্মিন্নদুনা কৃষ্ণ প্রীতিগীদমক্তা ( আত্মাশান্তিগীদমক্তা ) শিগ্রিবা মীহুগী মহুৎতা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি প্রার্থনা তৌজরগা, তিল্লিব নুপী-অণ্ডাং, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবনচিংবদো কৎলিবা প্রসাদি অদুনা ভোজন সেবাগা লোইননা গুমজবা দক্ষিণা ( পেনবিমন ) কৎচরগা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, সেবা তৌববু বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ সম্বৎসরনি।

তথাহি বেষাশ্রয়

শ্রীকৃষ্ণকীর্ত্তনং বিপ্র বৈষ্ণবাংচ ভোজনং।
বেষাশ্রিতস্য ভক্তস্যহ্যেবং স্যাদৌর্দ্ধদেহিকং॥

অর্থ

মতৌ অমুন্না ভেক ফংহুনা শিগ্রবগী মহুৎ থৌবুনা।
হরিনাম শোনগনি ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব ভোজন সেবা তৌজগনি॥

## ৭২। ঈশ্বর ( কৃষ্ণ ) স্বরূপ—ঈশ্বর মশক

সচ্চিদানন্দমদ্বয়ম ঈশ্বর ( কৃষ্ণ ) স্বরূপম্।

অর্থ

অমভ ওাইবা অরেপ্পা অথংবা নুংওাইবা মশকপু ঈশ্বর ( কৃষ্ণ ) গী মশক্কি তে'বানবা পুন্নমক্কী ঈশ্বর অমতনি।

## ৭৩। ঈশ্বরধাম—ঈশ্বর লৈফম

ঈশ্বর হৃদি মন্দির ( থম্মোই শাইয়ুম ) দা লেংদনা লৈ।

তথাহি ভাগবতে

তমিমমহমজং শরীরভাজাং হৃদিহৃদিধিষ্ঠিত মাত্মকল্পিতানাং।

অর্থ

পোক্তবা শ্রীকৃষ্ণনা মানা শেম্বা থবাই পানবশিংগী থম্মোইদা লৈ॥

## ৭৪। ঈশ্বর প্রাপ্তিস্বরূপ—ঈশ্বর ফংবা মশক

**ঈশ্বরদি অনিং অনিংবা মশক ওইনা ফংঙি।**

তথাহি ভাগবতে

যদ্‌যদ্ধিয়াত উরুগায় বিভাবয়ন্তি।
তত্তদ্‌বপুঃ প্রণয়সে সদনুগ্রহার্থম্‌॥

অর্থ

মাবু নিংজবা মনাইশিং থোজানবিবা ঈশ্বরনা
মনাইশিংনা অনিং অনিংবা মশক্তো ওইবিরি।

তথাহি গীতা

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহং
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ! সর্ব্বশঃ॥

অর্থ

মীচুনা ঐবু নিংবা মশক্তো ওইবা ঐনা মাবু নিংঙি
পার্থ! মীপুম তিংনা ঐগী লম্বেনবু মতুং ইন্না চংলি॥

## ৭৫। ঈশ্বর প্রাপ্তি—ঈশ্বর ফংবা

**পাম্না নাম শোল্লিবদো লেপ্পা ঈশ্বর ফংলবনি।**
**মীচুনা শোল্লিবা নামদো ঈশ্বরগী মশকমক্কি॥**
**হৌজিক কলিযুগদা কৃষ্ণনা হরিনাম ওইররে॥**

তথাহি বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরবচনং
নামচিন্তামণিঃ কৃষ্ণচৈতন্যরস বিগ্রহঃ
পুর্ণশুদ্ধনিত্য মুক্তোঽভিন্নত্বান্নাম নামিনোঃ।

অর্থ

অথংবা অরেপ্পা মুংঙাইবা কৃষ্ণনাম শিদয়াইনি।
অসেংবা অরুবা অরেপ্পা মপুং নামগা কৃষ্ণগা তোপ্তে ॥

## ৭৬। সদাসংকীর্ত্তণ—তৎতনা হরিনাম শোনবা

চাবা চৎপা তুম্বা হিপ্পা শুবনচিংবদা পান্না মুংশিনা।
অতৎ অকাং লৈতনা তৎতনা হরিনাম শোঞ্জগনি ॥

তথাহি চরিতামৃতে
তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয় সদা হরি ॥

অর্থ

নাপীদগী তোন্না উদগী অথাং কন্না কাওদনা।
মাইপাক্লিংদনা তৎতনা পান্না হরিনাম শোঞ্জনি ॥

## ৭৭। মধুরভক্তিরস আস্বাদন—মধুরভক্তিরস চুপ্পা

শ্রীরাধাকৃষ্ণনা পেনবিনবা পান্না হরিনাম।
মুংশিনা শোনববু মধুরভক্তিরস চুপ্পনি ॥
হরিনাম মহামন্ত্রদি মধুরভক্তিরসনি।

তথাহি সদাচার

বলিহ প্রেমসে কহোঃ শ্রীরাধাকৃষ্ণ বলিহ প্রভু-
নিত্যাই চৈতন্য কহত সাধু! মধুররস বাণী হরে।।

অর্থ

হে সাধু ! নুংশিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ শোল্লো প্রভু নিত্যাই। শোল্লো মধুরভক্তিরসগী মশক হরে ( হরিনাম ) শোল্লো ।।

## ৭৮। মানসিক কীর্ত্তন—পুক্লিংনা হরিনাম শোনবা

ওয়িবমখৈ হোনা বাংনা শোনগনি, ওমদ্রগা তপ্পা শোনগনি, লৈয়েং ফাগ্রবদি অমস্তং লোন থোক্তবদি পান্না নুংশিনা তৎতনা পুক্লিংনা হরিনাম শোনগনি।

## ৭৯। শ্রেষ্ঠ ভক্তি সাধন—অথোইবা ভক্তি সাধন তৌবা

পুন্নমক্তগী অথোইবা ভক্তিসাধন তৌগদবদি।
পান্না নুংশিনা তৎতনা হরিনাম শোনবনি ।।

তথাহি যামনচার্য্যে

কলৌ ধর্ম্মঞ্চ তপঞ্চ সত্যঞ্চ নাস্তি কিঞ্চন।
হরিনাম বিনা ভক্তি নাস্তি কচিৎ কলিযুগে ॥

অর্থ

কলিদা অতৈ ধর্ম্ম অতৈ তপ অতৈ সত্য কৈস্থ লৈত্রে। কলিদদি হরিনামনা ভক্তিনি নত্তনা করিস্থমতা লৈত্রে ।।

## ৮০। কৃষ্ণে আত্মসমর্পণ—শ্রীকৃষ্ণদা পুন্সি কৎপা

ঐগী ইপোক ইপুন্সিসে ফংঙমদ্রবা অতাংবনি য়াংহনফদে। হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা ইপুন্সিসে লোম্বা ফাওবা। পুক্নিং হকচাং য়াথং অনি লোংদনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎকনি।

তথাহি ভক্তিরসামৃতেসিন্ধু

বাগ্‌ভিস্তুবন্তো মনসা স্মরন্তস্তন্বা নমস্তোহপ্যনিশং ন তৃপ্তা।
ভক্তাঃ স্রবন্নেত্রজলাঃ সমগ্রমায়ুর্হরেরেব সমর্পয়ন্তি॥

অর্থ

তৎতনা পুক্নিংনা নিংশিংতুনা চীন্না শোঞ্জতুনা হকচাংনা। খুরুমজতুনা মিৎতা পি তাজতুনা ভক্তনা পুন্সিবু শ্রীকৃষ্ণদা কৎকনি।

## ৮১। কৃষ্ণে আত্মাসমর্পণ শ্রীকৃষ্ণদা ইশা কৎপা

ঐগী ইথবাই হকচাংসে ফংঙমদ্রবা অতাংবনি য়াংহনফদে। হরিনাম শোন্দুনা পেনবিনবা শ্রীকৃষ্ণদা থবাইগা লোইননা। ইশাসে কৎচরগা লেপ্পা অমাং-অতা নৈতনা শ্রীকৃষ্ণ ফংঙি।

তথাহি ভাগবতে

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্ত সমস্ত কর্ম্মা নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতোমে।
তদা মৃতত্বং প্রতিপদ্যমানোময়াত্মাভূয়ায়চকল্পতে বৈ॥

অর্থ

মশাগী ওইজবা থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণ ঐবু ফংনিংবদগী ঐঙোন্দা মশা কৎথোক্লবা মীদো মাংদ্রে কৃষ্ণ ঐগী ওইরে।

## ৮২। হরিনাম স্বরূপ—হরিনামগী মশক

কলিগী ধর্ম্ম ভক্তিরস হুম্‌ফুমরিগী মশক নাম-মন্ত্র-গায়ত্রী পুন্নমক্কী মপুং হরিনাম মহামন্ত্রনি। অরেপ্পা-অথংবা-নুংঙাইবা র'ধাকৃষ্ণগী মশক্নি।

তথাহি বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরবচনং

নামচিন্তামণিঃ কৃষ্ণচৈতন্যরস বিগ্রহ।
পূর্ণ শুদ্ধ নিত্য মুক্তোঽভিন্নত্বান্নাম নামিনো।

অর্থ

অরেপ্পা-অথংবা-নুংঙাইবা কৃষ্ণনাম শিদয়াইনি।
অসেংবা অরূবা অরেপ্পা মপুং নামগা কৃষ্ণগা তোপ্তে॥

## ৮৩। নাম-অপরাধ—নামদা লংজবা

হরিনামগা করিগুম্বা অমগা মান্নে চাংদমনফদে।
নামগা অতৈ অমগা চাংদম্নরবদি নাম অপরাধনি।
অতৈ পুন্নমক্লা মশানি হরিনামনা মউ পাম্বিনি।
অতৈ অমগা মান্নবা লৈতে হরিনামনা অথোইবা ভক্তিনি॥

তথাহি হরিভক্তিবিলাসে

ন নাম সদৃশং ভক্তি নামৈব পরমা ভক্তিঃ।

অর্থ

নামগা মান্নবা ভক্তি লৈতে নামনা অথোইবা ভক্তিনি।

## ৮৪। মীওইবগী পুন্সি

মীওইবগী মপোকসিদা নাম-মন্ত্র-ভক্তিনা পুন্সিনি।

তথাহি বৃহন্নারদীয়ে

নারদেনোক্তং হরেনামৈব নামৈব নামৈব মমজীবনং।
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যথা।

অর্থ

নারদনা হায় হরিনামনা হরিনামনা নামনা ঐগী পুন্সিনি।
কলিদা অতৈ পাঙ্গল অমা লৈতে'ব লৈতে'ব লৈতে'ব॥
গীতা ভাগবত বেদনচিংবা লাইরিক ধ্যান-যোগ, যজ্ঞ পূজা
নাম মন্ত্র গায়ত্রী তপ ভক্তিরস পুন্নমক হরিনামদগী পোকপনি।
হরিনামতমক শোনবদা পুন্নমক্তগী হেন্না শ্রীকৃষ্ণনা লৌবিরি।

তথাহি পদ্মোত্তরখণ্ডে

কৃষ্ণনামঃ জগৎজন্ম যৎকিঞ্চিৎ ক্রিয়তে।
তৎকর্ম্ম এবস্যাৎ সাক্ষাৎ গৃণাতি কেশবঃ॥

অর্থ

কৃষ্ণনামদগী জগৎ পোকই নামনা তৌরিবা।
ধর্ম্ম থৌরমদো খুৎফংননা শ্রীকৃষ্ণনা লৌই।
হরিনামনা পুন্নমক্তগী হেল্লি নামগা মান্নবা লৈতে।

তথাহি ক্রিয়াকাণ্ডে

নামগা মান্নবা মন্ত্র লৈতে ক্রিয়া লৈতে।
নামগা মান্নবা পুন্সি লৈতে পাঠ লৈতে।
নামগা মান্নবা ধর্ম্ম লৈতে উৎসব লৈতে।
নামগা মান্নবা অভিষেক লৈতে জীবন্যাস লৈতে।
নামগা মান্নবা আচমন লৈতে খুৎলাই লৈতে।
নামগা মান্নবা শাস্ত্র লৈতে পুরাণ লৈতে।
নামগা মান্নবা বেদ লৈতে, আগম লৈতে।
নামগা মান্নবা জ্ঞান লৈতে ভক্তি লৈতে।
নামগা মান্নবা ধ্যান লৈতে যজ্ঞ লৈতে।
নামগা মান্নবা পূজা লৈতে ব্রত লৈতে।
নামগা মান্নবা বিদ্যা লৈতে পিণ্ড লৈতে।
নামগা মান্নবা শান্তি লৈতে পুণ্য লৈতে।
নামগা মান্নবা গতি লৈতে শাস্ত্র লৈতে।
নামগা মান্নবা কর্ম্ম লৈতে রস লৈতে।
নামগা মান্নবা সাধন লৈতে ইশৈ লৈতে।
নামগা মান্নবা কীর্ত্তন লৈতে স্তুতি লৈতে।
নামগা মান্নবা প্রায়শ্চিত্ত লৈতে সংস্কার লৈতে।
নামগা মান্নবা তর্পন লৈতে ধর্ম্ম লৈতে।
নামগা মান্নবা মূর্ত্তি লৈতে চিত্তাক লৈতে।
নামগা মান্নবা মন্ত্র লৈতে তন্ত্র লৈতে।

নামগা মান্নবা শ্রাদ্ধ লৈতে ফল লৈতে।
নামগা মান্নবা গায়ত্রী লৈতে তপ লৈতে।
নামগা মান্নবা ন্যাস লৈতে স্নান লৈতে।
নামগা মান্নবা ফিজেৎ লৈতে লৈতেং লৈতে।
নামগা মান্নবা লন লৈতে যোগ লৈতে।
নামগা মান্নবা জপ লৈতে মন্ত্র লৈতে।
নামগা মান্নবা মুক্তি লৈতে হিদাক লৈতে।
নামগা মান্নবা দান লৈতে মুংঙাইবা লৈতে।
নামগা মান্নবা তীর্থ লৈতে নামগা মান্নবা সেবা লৈতে।
নামগা মান্নবা উপাধি লৈতে মিংচৎ লৈতে।
নামগা মান্নবা ধার লৈতে পোরোক লৈতে॥

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে

গোকোটিদানং গহণে খগস্য প্রয়াগে গঙ্গোদক কল্পবাসঃ।
যজ্ঞাযুতং মেরু সুবর্ণদানং গোবিন্দ কীর্তে্ন সমংশতাংশৈঃ॥

অর্থ

গ্রহ তৌরিঙৈদা যণ কোটি কৎপা ত্রিবেণী প্রয়াক্তা চহি কল্প লৈবা যজ্ঞাযুত তৌবা সনজীংগুম্ সনাকৎপা হরিনাম্ শোনবগী চামথোকপগা মান্নদে। গীতা, ভাগবত, অমসুং পুরাণ, আগম-নিগম, তর্ক ন্যায় শাস্ত্র, ব্যাকরণ বেদনচিংবা লাইরিক, ধ্যান, যজ্ঞ, পূজা, যোগ, তপ,

জপ-মন্ত্র-গায়ত্রী নাম ভক্তিরস পুন্নমক হরিনামদা পুল্লবনি।
গীতা ভাগবত বেদ পুরাণ পুন্নমক্কী অথোইবা মপুং হরিনামনি।

তথাহি সদাচার

ত্রিলক্ষঞ্চ সংশাস্ত্রং চতুর্লক্ষঞ্চ আগমং।
অষ্টাদশপুরাণানি নবব্যাকরণ চতুর্বেদ।
তথা ভাগবত দধিকুণ্ডং গীতা মন্থন।
দগুকং সারং সারং হরিনামক্ষরোৎপতি।

অর্থ

শাস্ত্র লক্ষ অহুম আগম লক্ষমরি।
পুরাণ তরানিপান ব্যাকরণ মাপন॥
বেদমরি শঙ্গোম্ব ভাগবত শঙ্গোমকুণ্ডদা।
নৈমচৈ গীতানা নৈরু-নৈরুরগা হবিনাম ফংই।

"হরিনাম-মহামন্ত্র-ষোলনাম"

হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরেহরে।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে।

হরিনাম কৎলসন্নু।

ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা হরিনাম শোন্দুনা কৃষ্ণ নিংবনা।
অরেপ্পা শ্রীকৃষ্ণ ফংঙি অতৈদি লেপ্তবা ঙাক্তনি॥

তথাহি ভাগবতে

ঋতেৰ্থেং যৎপ্রতীয়েত নপ্রতীয়েত চাত্মনি।
তদ্বিদ্যাদাত্মনোমায়াং যথাভাসো যথাতমঃ॥

অর্থ

অবেপ্পা কৃষ্ণ ঐবুদি খংদ্রগা লেপ্তবা অতৈবু খংঙিবদো।
কৃষ্ণ ঐগী মায়ানি খংউ মদো অঙানববু অমম্বগুম্বনি।

তথাহি চৈতন্য ভাগবতে

আজানুলম্বিত ভুজৌ কণকাবদাতৌ।
সংকীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ॥
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগধর্ম্মপালৌ।
বন্দেজগৎ প্রিয়করৌ করুণাবতারৌ॥

অর্থ

পাম্বোম চোনবা কুচু সনা গুম্বা।
সংকীর্ত্তণ সন্দোকপা মিৎসনা থম্বানবা।
তেংবান যোকপা যুগধর্ম্ম ঙাকপা।
তাইবং চানবিবা থৌজান্না শায়োনববু খুরুমজে।

তথাহি লঘুভাগবতামৃতে

শ্রীচৈতন্য মুখোদগীর্ণ হরেকৃষ্ণেতি বর্ণকাঃ।
মজ্জয়ন্তো জগৎপ্রেম্নি বিজয়ন্তে তদাহ্বয়া॥

অর্থ

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শোল্লক্লবা হরিনামনা ঙমজরি।
মাগী থৌজান্না তাইবং পুম্বা কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্লিবনি॥

তথাহি চরিতামৃতে

চেতোদর্পণ মার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নি নির্ব্বাপণং।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূ জীবনম্॥
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তণম্॥

অর্থ

থম্মোই মিংসেন সেংনবা তাইবং মৈরেল মুৎনবা।
য়াইফ থরো থানিনবা নুংঙাই-ঈপাক ঈথোইনবা।
মিৎকুপ খুদিং শিদয়াই চুপ্পবা মীপুমপুম্না পেম্নবা।
হরিনাম্ব শোঞ্জবনা থোইদোক্না গুমজরি॥

## ৮৫। ধর্ম্ম—লৌচৎ

বিহিত কর্ম্ম জন্যো ধর্ম্মঃ।

অর্থ

মীপুম খুদিংমক্না তৌহৈববু ধর্ম্মনি।
দীক্ষা-প্রণালিকা ভজন মীপুম খুদিং তৌহৈবা ধর্ম্মনি।
মীপুম খুদিংমক্না শ্রীগুরুদগী দীক্ষা প্রণালিকা লৌজগনি।
মীপুম খুদিংমক্না ভজন তৌববু দীক্ষা প্রণালিকা কৌই।
দীক্ষা প্রণালিকা ফংজরবা মীপুম খুদিংমক্না।
শ্রীগুরুভজন ইখুৎনা হৌরগা শ্রীগুরুদা লুক কৎপা।
শ্রীগৌরাঙ্গভজন ইখুৎনা হৌরগা শ্রীগৌরাঙ্গদা লুক্ কৎপা।

শ্রীরাধাকৃষ্ণভজন ইথুংনা হৌরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা লুক্ কৎপা। শ্রীবিগ্রহ সেবানচিংবসি, ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র, নুপী-নুপা, অঙাং-অহন, লম্বোইবা, লম্বোইদবা, মৈতৈ মীপুম খুদিংমক্না তৌজগনি।

তথাহি গীতা

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্যো মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচ॥

অর্থ

ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগা কৃষ্ণ ইতোমতদা চংজৌও!
ঐনা নংবু পাপ পুম্নমক্তগী কোকপিগনি ৱারুগনু।

তথাহি গীতা

যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোসি দদাসি যৎ।
যত্তপস্যাসি কৌন্তেয়! তৎকুরুষ্বমদর্পণম্।

অর্থ

অর্জ্জুন! ধ্যান, যজ্ঞ, পূজা, দান, চাবা নংনা তৌবা।
ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমক্তো নশানা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎলো।
ব্যবস্থা ওইবা, ম্যাগুব মপু ওইবা, পুরোহিত ওইবা, গুরু ওইবা, স্বামী গুরু ওইবনচিংবা ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমক ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র, নুপা-নুপী অঙাং-অহন, লম্বোইদবা, মৈতৈনচিংবা মীপুম খুদিংমক্না তৌগদবা অমসুং তৌহৈবা ধর্ম্ম থৌরম্নি।

তথাহি হরিভক্তিবিলাসে

তন্ত্রিকেষু চ মন্ত্রেষু দীক্ষায়াং যোষিতামপি।
সাধ্বীনা মধিকারোঽস্তি শূদ্রদীনাঞ্চ সদ্ধিয়াম্॥

অর্থ

লাইমিং লৌরবদি নুপী-অঙাং শূদ্রনচিংবা।
মীপুম খুদিংমক্না ধর্ম্ম থৌরমগী অধিকারনি।
হরিনাম শোন্দুনা গুরুদা, গৌরাঙ্গদা, কৃষ্ণদা কৎপা য়াই।
মীপুম খুদিংমকী দীক্ষা প্রণালিকাদি হরিনামনি।
হরিনাম শোল্লগা গুরুদা গৌরাঙ্গদা শ্রীকৃষ্ণদা।
ইখুৎনা হৌরগা লুকনচিংবা জল তুলসী কৎচৈদবা লৈতে।
মীপুম খুদিংমক হরিনাম শোল্লগা কৎপসি অরেপ্পা ধর্ম্মনি।

তথাহি বৈষ্ণবাচারপদ্ধতি

স্ত্রিয়ঃ পতিব্রতাশ্চান্যে প্রতি লোমানুলোমজাঃ।
লোকাশ্চাণ্ডালাঃ পর্য্যন্তাঃ সর্ব্বেঽপ্যত্রাধিকারিণঃ॥

অর্থ

মপুরোই চাহেল্লবী নুপী, ফত্রবী লান্নবী মচা।
চণ্ডালনচিংবা মীপুম খুদিংমক্না ধর্ম্মগী অধিকারনি।

## ৮৬। স্ত্রীগুরু—নুপীগুরু

লাইমিং লৌরবা হরিনাম-মন্ত্র ফাররা নুপী গুরু ওইবা য়াই।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে
মন্ত্র মাত্রোপদেষ্টাঃ শ্রীগুরুঃ।

অর্থ

হরিনাম মন্ত্র পীবিরবদি মুপীমু গুরুনি।

তথাহি ভাগবতে

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্ত সমস্তকর্ম্মা নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতোমে।
তদামৃতত্বং পতিপদ্যমানো ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ॥

অর্থ

মশাগী ওইজবা থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐবু ফংনিংবদগী ঐগোন্দা মশা কৎথোক্লবা মীদো মাংদ্রে কৃষ্ণ ঐগা ওইরে।

## ৮৭। পাষণ্ডি—ওক্তবা

দীক্ষা প্রণালিকা ( লাইনিং লাইমিং ) দি লৌরগা হরিনাম শোন্দুনা রাধারমণদা কৎত্রবদি পাষণ্ডি ( ওক্তবা ) নি। পোকপদা কাম্লিবা হরিনামদি থাদোকফদ্রবা ইশাগী ধর্ম্মনি। তৌরকপা ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা হরিনাম শোন্দ্রবদি পাষণ্ডিনি।

তথাহি শব্দকল্পদ্রুমে

হরেনামক মন্ত্রভ্যাং লোকাঃ সন্তিবিবর্জ্জিতাঃ।
যদি বর্ণাশ্রামাঢ্যা যে তেবৈপাষণ্ডিনঃ স্মৃতাঃ॥

অর্থ

বৈষ্ণব ধর্ম্ম আশ্রমদদি লৈরগা মীতুনা তৌরকপদদি হরিনাম শোন্দ্রবা বৈষ্ণবকী লীচৎ কাইরবদো পাষণ্ডিনি।

তথাহি বৈষ্ণবাচারপদ্ধতি ( ব্রহ্মযামলে )
শ্রুতি-স্মৃতি-পুরাণাদি পঞ্চরাত্রবিধিংবিনা।
ঐকান্তিকী হরের্ভক্তিরুৎপাতায়ৈ কেবলম্॥

অর্থ

বেদ-স্মৃতি-পুরাণ পঞ্চরাত্রগী রায়েন নত্তনা।
অরেপ্পা হরিভক্তিনি তৌরিবদো ওইদবা লৌনস্বনি ॥

## ৮৮। নিত্যসম্বন্ধ হরিনাম—অরেপ্পা মরি হরিনাম

জীবগী অরেপ্পা মরিদি হরিনামনি, ধর্ম্ম থৌরম পুন্নমক্তা হরিনাম, অহৌবা পোকপদস্ত হরিনাম, মরক্তা লাইমিং লৌবদসু হরিনাম, অরোইবা লম্বোইবদস্ত শিবদসু হরিনাম শোল্লগা কৃষ্ণ ফংগি ॥

তথাহি ভাগবতে
অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ্ যৎসদসৎপরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম্॥

অর্থ

অহৌবদসু কৃষ্ণ ঐহাক্তি মরক্তসু কৃষ্ণ ঐহাক্তি।
অরোইবদসু কৃষ্ণ ঐহাক্তি কৃষ্ণ ঐনা অরেপ্পা মরিনি ॥

তত্রৈব
ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি।
তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথা ভাসো যথা তমঃ॥

অর্থ

অরেপ্পা কৃষ্ণ ঐবুদি খংদ্রেগা লেপ্তবা অতৈ খংঙিবদো।
কৃষ্ণ ঐগী মায়ানি খংউ মদো অঙানববু অমম্বগুম্বনি॥

তত্রৈব

জ্ঞানং মে পরম গুহ্যং যদ্বিজ্ঞানসমন্বিতম্।
সরহস্যং তদঙ্গঞ্চ গৃহাণ গদিতং ময়া॥

অর্থ

অখংবনা তিল্লিবা কৃষ্ণগী থুপ্লবা থোরম লোইননা ঐনা।
হায়রিবা নাম-মন্ত্র ভক্তিবু ব্রহ্মা! নংনা লৌও।
ঐনা পীরিবা হরিনাম-মন্ত্র শোল্লু কৃষ্ণ ঐবু ফংগনি॥

তত্রৈব

যথা ব্রহ্মণে ভগবান স্বয়মুদিশ্যানুভাবিতবান।

অর্থ

অসুম্না ভগবান্না ব্রহ্মাদা দীক্ষা প্রণালিকা (নাম-মন্ত্র) পীবিখি।

## ৮৯। অধর্ম্ম—অকাইবা লৌচৎ

মুপী-মুপা মীপুম খুদিংমক্না তৌহৈদববু
অধর্ম্ম (অকাইবা-লৌচৎ) কৌই।

তথাহি তর্কসংগ্রহ

নিষিদ্ধ কর্ম্ম জন্যস্তু ধর্ম্মঃ।

অর্থ

মীপুম খুদিংমক্না তৌহৈদববু অধর্ম্ম (অকাইবা লৌচৎ) কৌই। মীগোন্দদি স্বামী গুরুদি ওইরগা মশাদি চত্তবদো অধর্ম্মনি পাষণ্ডিনি। ওক্তবনি অবৈষ্ণবনি। মীগোন্দদি দীক্ষা প্রণালিকা পীদুনা গুরুদি ওইরগা মশানা নামদি শোন্দবা অমস্তুং ভক্তি সাধন তৌদবদো পাষণ্ডিনি। দীক্ষা প্রণালিকা (হরিনাম মহামন্ত্র) নত্তবনা শ্রীগুরু, শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীরাধাকৃষ্ণ সেবা তৌরিবদো পাষণ্ডিনি। অবৈষ্ণবনি তিন্নফদে, অবৈষ্ণবতা স্বামী গুরু ওইফদে।

তথাহি ভাগবতে

গুরু ন স্যাদবৈষ্ণব

অর্থ

অবৈষ্ণব (কৃষ্ণনিংদবা) গুরু ওইফরোই।

## ৯০। অবৈষ্ণব—কৃষ্ণ নিংদবা

বৈষ্ণবোঽভিহিতোঽভিজ্ঞৈরিতরোঽস্যাদবৈষ্ণব।

অর্থ

বৈষ্ণবনা থংতিবা তৌরিবদগী তোঙানবদো অবৈষ্ণব (কৃষ্ণনিংদবা) নি।

## ৯১। শ্রীপরমেষ্ঠি গুরু—অসুপ্পা গুরুঃ।

কলিযুগ ধর্ম্মগী অসুপ্পা গুরু শ্রীগৌরাঙ্গনি। মহাক্না মশাগী বৈষ্ণব ধর্ম্মবু তম্বিদুনা মীপুম খুদিংমক চৎহল্লি।

তথাহি চরিতামৃতে

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং কৃষ্ণভাবামৃতংহি যঃ।
আস্বাদ্যাদয়ন্ ভক্তান্ প্রেমাদীক্ষামশিক্ষয়ৎ ॥

অর্থ

মশানা মহাও থংনা চুপ্লগা মধুরভক্তিরস হরিনামামৃতবু।
তশ্বিতুনা ভক্তশিংবুস্থ চুপহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমৃজে ॥

তথাহি চরিতামৃতে

নাসং বিধায়োৎপ্রণয়োহথ গৌরো বৃন্দাবনং গন্তুমনা ভ্রমাদ্ যঃ।
রাঢ়েভ্রমন্ শান্তিপুরীময়িত্বা ললাস ভক্তৈরিহ তং নতোহস্মি ॥

অর্থ

মশাগী চহি কুনমরি শুবদা কৃষ্ণপ্রেমা তিল্লদুনা লম্বোইরগা
গুক্তুনা রাঢ়দেশদা হুন্নি লৈরুরগা শান্তিপুরদা মমা খুরুমথি।
লম্বোইবদি কৃষ্ণনিংবনি তম্বিরিবা চৈতন্যবু খুরুমজরি।

তথাহি ভাগবতে

এতাং স আস্থায় পরাত্মনিষ্ঠা মধ্যাসিতাং পূর্ব্বতমৈর্মহর্ষিভিঃ।
অহন্তরিষ্যামি দুরন্তপারং তমোমুকুন্দাঙ্ঘ্রি নিষেবয়ৈব।

অর্থ

মৈহৌরোন্দগী মতিক চাওবশিংনা চৎনরক্লবা কৃষ্ণনিংবা।
লম্বোইবদা লৈরগা ঐনা মায়া থারগা শ্রীকৃষ্ণ নিংজরি।
হায়না ভিক্ষুকগী বাহৈ ওইনা কৃষ্ণনা ভাগবততা লাওরি ॥

তথাহি বিদগ্ধমাধবে

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ।
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তি শ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ।
সদা হৃদয় কন্দরেস্ফুরতুবঃ শচীনন্দনঃ॥

অর্থ

হায়া কুইনা সুকপী পীথিদ্রিবা মাগী মধুরভক্তিরস হরিনাম্বু কলিদা পীবিররবা খোজানবিদুনা পোররবা, কুচুসনাগুম্বা শ্রীশচীগী মচা গৌরহরিনা নখোইগী থম্মোই লোক্তা অতৎ-অকাং লৈতনা ফাওবিরসনু।

৯২। মধুরভক্তিরস—রাধাকৃষ্ণ পায়নিংবা

মধুরাখ্যোভবেদ্ভক্তি রসোঽসৌ মধুরা রতিঃ।

অর্থ

শ্রীরাধাকৃষ্ণনা পেনবিনবা পাম্ববু মধুরভক্তিরস কৌই। মধুরভক্তিরস মশক্তি হরিনাম মহামন্ত্রনি।

তথাহি

মধুরস বাণী হরে—মধুরসগী মশক্তি হরিনামনি।

তথাহি চৈতন্যভাগবতে

অজানুলম্বিত ভুজৌ কনকাবদাতৌ।
সংকীর্ত্তনৈকপিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ॥
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগধর্ম্মপালৌ।
বন্দে জগৎপ্রিয়করৌ করুণাবতারৌ॥

অর্থ

পাম্বোম চোনবা কুচু-সনা-গুম্বা বিশ্বম্ভর।
হরিনাম শোনবা সন্দোকপা মিৎসনা থম্বানবা।
ব্রাহ্মণ অথোইবা যুগ ধর্ম্ম কাইদনা চৎলিবা।
তাইবং চানবিবা থৌজাম্মা শায়োনবা খুরুমজরি॥

তথাহি চৈতন্য চরিতামৃতে

প্রভু উপদেশ কৈল নাম সংকীর্ত্তণ।
বৈরাগীর ধর্ম্ম হয় নাম সংকীর্ত্তণ॥

অর্থ

শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা তাকপি হরিনাম শোন্দুনা লম্বোইয়ু।
বৈরাগ ( লম্বোইবা ) গী মন্ত্রদি হরিনামনি॥

তথাহি তন্ত্রে

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম।
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যথা॥

অর্থ

হরিনামনা হরিনামনা হরিনামনা লেপ্পা অরেপ্পনি।
কলিদা অতৈ পাঙ্গল লৈতে'ব লৈতে'ব লেপ্পা লৈতে'ব॥

তথাহি চৈতন্য চরিতামৃতে

বৈরাগ্যবিদ্যা নিজভক্তিযোগ, শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষপুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শরীরধারীকৃপাম্বুধির্যহস্তমহংপ্রপদ্যে॥

অর্থ

অহানবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী প্রেমভক্তি লম্বোইবা তম্বিররবা থৌজাল সমুদ্র শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমহাপ্রভুদা ঐহাক্না চংজরি।

তত্রৈব

কালান্নষ্টং ভক্তি যোগং নিজং যঃ প্রাদুর্কর্ত্তুং কৃষ্ণচৈতন্য নামা।
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ॥

অর্থ

মতমনা মাংলবা হরিনাম শোনবা লম্বোইববু কোংদোক্লববা শ্রীকৃষ্ণনা চৈতন্য কৌববগী চরণ থম্বান্দা পুক্লিং থোইমুনা চেৎনা তিনসনু ॥

৯৩। বৈরাগ্য-অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া—শিবা থৌরম লম্বোইবা পোকপদা হরিনাম কাম্লবা অমসুং দীক্ষা প্রণালিকা ফংজববা গৌরধর্ম্ম চৎপা গৌড়িয় মীপুম খুদিংমক শিবদা লম্বোইগনি। হরিনাম শোন্দুনা শিববু শিবা থৌরম লম্বোইবা কৌই।

৯৪। স্বরসম্বন্ধি ঐকান্তিক—নুংশাস্বরনা কৃষ্ণনিংবা মীপুম খুদিংমক্না হোল্লিবা নুংশাস্বরসি হরিনাম শোন্দুনা চাবা তুম্বা নোম্বা চৎপা পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণনিংবনি। নুংশা-স্বরদি শ্রীকৃষ্ণনি।

তথাহি কৃষ্ণরসসঙ্গীতে

স্বয়ংরাজতে স্বরঃ

অর্থ

সুংশাস্ত্রদি কৃষ্ণভক্তি

পোকপদা হোল্লক্লিবা সুংশাস্ত্রসে ঈশ্বরনা পীবা নাম শোল্লক্লবনি।
হং হায়না সুংশাস্ত্র হোল্লি। মসি তৎতনা হরিনাম শোনবনি।

হরিনাম অর্পণমন্ত্র—হরিনাম কৎলসনু।

নাম-মন্ত্র-গায়ত্রীনচিংবা পুন্নমকী মপুং হরিনামনি।

হরিবল হরিবল হরিবল!

**হরিনাম শোল্লো হরিনাম শোল্লো হরিনাম শোল্লো**

অস্তুম্না "গুরু কনানো" শিংথাবা মসিদা লোইরে।

---

# পরিশিষ্ট

ইশানা ধর্ম্ম (লীচৎ) থৌরম তৌজবনা ঈশ্বর ফংঙি।

তথাহি গীতা (১২—২০)

যেতু ধর্ম্মামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে।
শ্রদ্দধানা মৎপরমা, ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়াঃ॥

অর্থ

লীচৎ শিদয়াইসিবু কাইজদনা থাজনা।
ঐবু থোইনা নিংবদো য়াম্না চানবা ইনাইনি॥

## ১। হিংবনা ঈশ্বর (কৃষ্ণ) নিংবনি

ইশাগী ধর্ম্ম (লীচৎ) নি, হিংবসি ঈশ্বর (কৃষ্ণ) নিংবনি।

তথাহি গীতা ( ১৮—৪৭ )

শ্রেয়ান স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বনাপ্নোতি কিল্বিষম্॥

অর্থ

ঐগী লৗচৎ মচেৎনা ফৈ মৗগী লৗচৎ মপুংদগী।
ঐনা চৎলিবা লৗচৎনা ইশাদা অৱাবা পীদে।

২। শিবনা ঈশ্বর ( কৃষ্ণ ) ফংবনি

ইশাগী ধর্ম্ম ( লৗচৎ ) নি শিবসি ঈশ্বর ( কৃষ্ণ ) ফংবনি।

তথাহি গীতা ( ৩—৩৫ )

শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ॥

অর্থ

ঐগী লৗচৎ মচেৎনা ফৈ, মৗগী লৗচৎ মপুংদগী।
ঐগী লৗচৎতা শিবা ফৈ, মৗগী লৗচৎ অকিবনি॥

তথাহি চৈতন্য ভাগবতে

অনায়াসেন মরণং বিনা দৈন্যেন জীবনম্।
অনারাধিত-গোবিন্দচরণস্য কথং ভবেৎ॥

অর্থ

অৱাবা লৈতনা শিবা, হায়রজবা লৈতনা হিংবা।
কৃষ্ণ নিংবা নত্তনদি কররম্না ওইগদগে॥

অইবগী কোঙথবা লাইরিক-

১। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

২। শ্রীরাগাত্মগা ভক্তিসাধন চন্দ্রিকা:

৩। মৈতৈ-লোম্বিং

৪। শ্রীগুরুপ্রণালিকা স্মরণ

৫। মৈতৈ লোলেপচার

৬। পরমধর্ম্ম সংকীর্ত্তণ লাইরিক থীবা-তাবগী কিডম

৭। বাঙাং খোংখোক খোং' কিডম

৮। ভক্তিরস হুমফুমরি

৯। মধুররস

১০। শ্রীগুরু কনানো

কোঙলগদবা লাইরিক—

১। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা (মৈতৈবোল)

২। শ্রীগোবিন্দলীলামৃত

৩। বিদগ্ধমাধব

৪। শ্রীচৈতন্য চন্দ্রোদয় নাটক।

লাইরিক ফংফম—গ্রন্থকর্ত্তাগী য়ুম—বাশীখোং, ইম্ফাল।

ছাপা নফম—দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।